

ꯑꯩꯒꯤ ꯂꯥꯏꯃꯆꯥ

# ঐগী লাইমচা





লিশম ইবোচৌ

ꯑꯩꯒꯤ ꯂꯥꯏꯃꯆꯥ

# ঐগী লাইমচা

লিশম ইবোচৌ




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল

# কচ্চবা

শুথাঙ ধারা মুত্তনবা
ঈশ্বরগী থৌজাল নীজখিবী
ইপা পোকপা ইবেনপোক
অঙাংপেম্মা মিঙ্গৌবী
লিশম য়ুমজাও কোনবীরম্বী
য়াইফ মঙ্গোল পীবীরম্বী
শুথাঙ ধারা নশুনা
**ঐগী লাইমচা** কৌবা লাইরিকসি
খুয়া খাদা ইবেনপোক্কী
প্রেমগী ঈহৌগা লোয়ননা
থম্মোয় শেঙনা কচ্চরি।

লিশম ইবোচৌ

# ꯑꯩꯒꯤ ꯂꯥꯏꯃꯆꯥ
# Eigi Laimacha

*(a collection of 11 chapters written by Lisam Ibochou Singh)*

*Published by* **L. Mohenjitkumar Singh** *on behalf of Manipur Sahitya Samiti, Thoubal.*





অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর ১৪, ২০০২

কশী মশীং ঃ ৫০০ (চামঙা)

মমল ঃ লুপা ৫০/-

অফোঙবা ঃ লিশম মোহেনজিৎকুমার সিংহনা
মণিপুর সহিত্য সমিতি, থৌবালগীদমক

মখুম নমুনা ঃ অইবা

অয়েকপা ঃ লৈতাঙ্থেম মুক্তা, চিত্রকার

ফংফম ঃ অইবা

নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# লাইরিকসি পারুবদা

মণি মন্দিরগী থোঙজাও হাংদোরকপদা ইখঙ খঙহৌদনা উখি অইবগী লাইমচা। পীক্লিংঙৈ মতমনি। পূক্নীংদা পাপ চঙদ্রি। অমকপা মযি অমত্তসু তাদ্রিবা অঙাং ওইরিঙৈগী থম্মোয়দুদা নোংথাঙ চামাগী মশেক মঙালনা তিনখি। ঈশ্বর প্রেমদা ঙাওখি অঙাং অদু। লাইবক্তা অঙৌবা চন্দননা লৈতেংবা, অঙৌবা লাল্লু পায়দুনা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকখিবা শংবান্নবা লাইমচা অদুগী ব্রাখলদা অঙাং অদুগী পূক্নীং পুংলুপ লূপখি। লাঙতক্লবা, ঙাইঙমদবা, অমত্তা ওইনা তিন্নীংবগী ঈখৌ লাংবনা নৌরিবা থম্মোয়দু জয তৌখি। মন্দিরগী থোঙজাওদুদি মতম্না লোনশিনখি। নুংশিজবগী ঈথক-ঈপোমদুদি অঙকপা ফংনা ঈহৌরকখি। অইবগী থম্মোয় চাংজৌ পাথোকখি। অমাং-অশেং, শোক্ল-পন্ন য়াদবা খূৎশেমগী ঙমখৈ পূম্নমক্কী ব্রাংমদনি। মূর্তিনি হায়বা ফাওবা খঙজরুবা নত্তে। তাঁইবঙ অমদি মঙলান অনীমক্তা তত্তনা উন্নখি, শান্নমিন্নখি, লোয়নজখি । অমনা অমবু উদ্রবদি মীকুপ অমত্তসু লৈঙমদবগুম তত্তনা উন্নখি । ব্রারী কয়া শান্নখি মীৎচান্ননা। শেংনা নুংশিজবা অমকপা লৈত্রবা থম্মোয় অমদা পামজনা খল্লবা ঈশ্বরগী খোঙদাফম ওইখিবা করি অমুক ঙক্লিঙাই লৈরুনি ? ঙকপদি য়াই অদুবু ওইথোকখি।

অমরোমদনা, তাইবঙপালসিদি মায়ানি, ওইদবনি, মীনস্বনি । ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, জাৎ-বিজাৎ, অশেঙ-অমাং, শোক্ল-পন্ন য়াদবা থম্মোয়দগী থোরকপা শম্বল কয়ানা মীওইবগী পুন্সিদা মায়কৈ খূদিং ঙাক্লি । অজ্ঞা তোম্বোইনা লৈই অদু কাম্থোকপদি ঙমখিদে । অইবগী মরাল লৈত্রবা ব্রাকৎ অদুবুদি তানা তানা নাথৈবদা মতাখি । অইবনা পীবীয়ু মহাক্কী ওইজরগে হায়বিবা গোপাল দেবতা অদুবু শে শে পুজরো হায়দুনা করম্নসু হেক লাম্থোক্লুগনি । শোয়দনা পীবীনি হায়বদি হায়রে। মীঙোন্দদি হায়দোক্কনু , লোন্না পীগদবনি হায়বদুদা হেন্না থাজবা পোকহল্লে। লাইমচা অদু লাক্লগা পুজা তৌফম, নুংঙাইনা লৈজবা য়াবা মফম নীংথিনা শেমজরে। অদুবু শোকহন্দে, মনাক্ত ফাওবা নকহন্দে, কুইনা ফাওবা য়েংজবা য়াদে; ফিজঙনা হেক্তা খনজিনবীখি, থোঙজাওদু চেৎনা লোনশিনবীখি।

অসিগুম্লবা আধ্যাত্মিক্কী মিলন অমদি সমাজগী অথীংবা অনী অসিগী তত্তনা থেংগাইনবা মরক্তা মেমোয়র অসিগী অশেঙবা মঙাল থোক্লকই। খ্বাযদগী

হেন্না ফজরিবদি য়ান্নদবা মানবা শক্তি অনীসি অমত্তা ওইবা শকওঙ অমদা পুন্না চেন্থখিবদুনি। কুইরবগী তুংদা অইবনা খঙলকখি ঃ লাইমচা অদু মহাক মশামক্লি। মহাক (ধারা) ফংজনবা অহল-লমন্না কৎলম্বনি। ঈশ্বরনা মহাকপু খঙহল্লগে মতাগুম ঈশ্বরপ্রেমগী লাঙতক্নবদু নৌরীবা থম্মোয়দা মরূ হুলহনখিবনি। অইবদি ঈশ্বরদা থৌনিদুনা পোক্লকপনি। অশুক কুইরবগী তুংসিদা অঙাং ওইরিঙৈগী পূক্নীং অদুবু নৌথোকহন্দুনা অইবনা মূর্তি শিং অদুগী ফিজোল হোংবা লাকখি ঃ *ঐনা মন্দিরগী মমাংদা খুক-খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নরগা ফিরোল হোংদোক্লিবদু ইমীৎ পেন্না পিগী ইরাগা লোয়ননা য়েংজবা ফংজখি। মতম অদুদা কনা অমত্তা য়াওহনখিদে, চংহনখিদে, ঐঙ্গ্যা তোম্বোইগা ঐ ঈতোমতগা লৈখিবনি, রাসু কয়া ঙাংনখিদে। ফিরোল শেৎপা, খুজি-তান শীবা লোয়রবদা ইবুংঙোগী ঢোড়া-চুরাদু অমুক থোনগৎলকপদা, থম্মোয়দা থুক লাওবা পোক্লুনা লৈরিঙৈদা ঐঙ্গ্যা তোম্বোইনা "ইবুংঙো! ফজরবরা য়েংঙু!" হায়দুনা মন্দির মনুংদগী থোরকই। মদুদা পাউখুম অমুক পীদনা দণ্ডবৎ তৌদুনা লৈবাক্তা ওন থোইনা কপচখি। "ননাই ঐবু ঙাকপীয়ুঐদি করিসু খঙজদবনি"... ঐঙ্গ্যানা ঐগী কোক্তা নাহ্থবিদুনা "... ঐনা নঙোন্দা, অঙাং ওইরিঙৈদা, হযেং শোয়দনা পীগনি, নখোয়গীসু লাইনিনে হায়খিবদো ঙসি পীরবনি ইয়াম্বনা, নখোয়গী ওইজরোকো।"... করিনো খঙদে নুমিত্তুদি পুমপেন পেন্দুনা পংকপ্তা কপচখি।* (লাঃ ৬৮)

ফজবা-ফজদবা, অশোয়-অঙাম পূম্নমক্কী রাংমদা ওজা লিশম ইবোচৌগী মেমোয়র মচাসি য়াম্নমক নুংশি হায়বসিমদি শেংলে। দোষ পুথোকপদা হালেঙদ্রবা সমালোচনা অমনদি লাইরিকসিগী মরমদা হায়নীংঙাই কয়া লৈবা য়াই অদুবু অইবগী অশেঙবা ঈ অমদি মীৎকী পিনা চান্নবা জিবন-চরিত্রগী মচন অসিবু নুংশি হায়না শোন্দবদি ঙম্লোই। ঙসিগী নুংশিনবা মাঙখ্রবা তাইবঙসিদা অইবগী pure passionate experience অসিবু নুংশি হায়না শোনবীরকপা অইবগী পুন্সিগী অহানবা পূন্যনি, সমাজ মীয়ামগীসু মহা মঙ্গলগী মশক্নী। অইবগী মফমদা লোইবা নাইদনা নুংঙাইবা ফোংদোকচরিঃ ওজা ইবোচৌ অইবা অমা ওইবগী চপ-চাবা গুণনা লৈতেংলে। মরমদি পৃথিবী পুম্বগী অইবা অমদি সমালোচনা পূম্নমক্না য়ান্নরবা রাফম্নি ঃ One has to be deeply religious to be a writer. অইবগী মফমদা ভক্তি কচ্চরি।

ডা এম প্রিয়ব্রত সিংহ

# অইবগী ৱারোল

মতম কুইনদগী কাউবা য়াররোইদবা, ঐগী পূন্সিদা থোকখিবা, অশেঙবা থৌদোকশিংগী মনুংদা ওইরকখিবা, ময়েক লাবা য়ুম্ফমদা শাগচ্চরকপা, মতম মতমদুগী ওইরম্বা, থোকখিবা, অশেঙবা হকথেংনজরকপা থৌদোক-ৱাথোক্কা মরী লৈনবা খর য়াওনা ফোঙদোকচবা, থম্মোয় নুংগী ঈচেল অমদা তাউথজরকপগী ৱারী মচা অমখক্কী লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা ফোঙদোকচরিবা ৱাফম পূন্নমক অসি ভাবনা পঙশা শাজিন্নগা হেক্তা মথৱায় হাপ্নবা হোৎনজখিবা নচ্চদে। তাঙ্কক তরামাথোই নাইনা খায়দোক্তুনা ফোঙদোকচরিবা খুদিংমক মতম মতমদুগী ওইনা, মরী লৈননা, ৱারী মচা অসিগী মনুংচন্না হাপচবনি অদুগা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমকসু অশেঙবা, অচুম্বা ঙাক্তনি।

লাইরিক মচা অসি পুথোক্নবা হোৎনজবদা নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রী আই: এস: অকোইজম, রিটয়ার্ড জেড: ই: ও: না মনাও অমা ওইবদগী হেন্না নুংশিবিবা পোকপীদুনা "ঐগী লাইমচা" কৌবা লাইরিক অসিগী অহানবা মেন্যুস্ক্রীপ পূন্নমক চেকশিন্না পাবিরগা অশোয়বা কয়া চুমথোকপিখিবা অমদি ঐবু পূক্নিং থৌগৎপীদুনা মখা তাবা লাইরিক কয়া ইথরক্নবগী পাওতাক কয়া পীবিখিববু পূন্সিগী ওইনা কাউবা ঙমজরোই। লাইরিক অসি পুথোক্নবগী অরোয়বা প্রুফ লৌবদসু ইয়াম্বনা মতেং পাংবীখিবগীদমক শীংঙমদবা লমন চাওনা তোনশীঞ্জরবনি।

লাইরিক অসিগী মখুমগীদমক গোপাল দেবগী চিত্র য়েকপিখিবা চিত্রকার শ্রী এল: মুক্তা সিংহবুসু অইবনা থাগৎচবা ফোংদোকচরি।

লাইরিক অসিবু খোইদাবিদুনা পাবীরিবশিংনা অরানবা, অশোয়বা, মওং তাদবা য়াওরম্বা খিবিক্কীদমক অইববু ঙাকপীগনি।

লিশম ইবোচৌ

## য়াওফম তাকপা

# লাইরিক পূজা তৌবা

অঙাং ওইরিঙৈগী মতমনি, অনিশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও লোয়রকপা ইশাগী চহিনা তরুক-তরেৎ শুরকপা অদুৱাইদা থোকখিবা থৌদোকশিংনি। যুমদা অনিশুবা ক্লাস ফাওবা (ময়েক তপশিন্নবগী লাইরিক তম্বা ফাওবা) হৌজিক্কী মতমগী ক্লাস ৱান-বি হায়না খঙনরিবা, তম্নরিবা ক্লাসসি ফাওবা, ঐবু পোকপিরম্বা গুরুদেবনা তাকপী-তম্বীরবা মতুংদা মঙাশুবা ক্লাসতা ওক্রম এল.পী.স্কুলদা তম্বা হৌগৎলকখিবগী মতমগী ৱারীনি। মতম অদু শক ১৯৪৭ কী চহিনি। মতম অদুদা হৌজিক্কী ক্লাস টূ অসিবু মঙাশুবা ক্লাস হায়না কৌনরম্মী। ক্লাস টূদা তম্বসিবু মীয়াম্না মঙাশুবদা তম্বা হায়নরম্মী। মতম অদুগী অনিশুবা ক্লাস ফাওবসিদা ময়েক তপশিন্নবা অমদি অঙ্কগী শুপ্লাক পূম্নমক লোয়না ফাবা, চিনফা পুবা ঙম্নরম্মী। অকনবা চৈরাক অমগী মখাদা ঐখোয়সু গুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্না যুমদা কন্না হোৎনদুনা ময়েক চৎনবা, অঙ্ক তিনশিনবা, খায়দোকপা, পুরিবা, য়েন্নবা পূম্নমক খঙলবা, হৈরবা মতুংদা স্কুলদা থাবিরম্মী। ঐখোয়না মঙাশুবা তম্বদা, হায়বদি ক্লাস টূদা ইংরাজি তম্বসু হৌরকখি। স্কুলদসু মতম অদুগী ওজাশিংনা থৱায় য়াওনা হোৎনবিদুনা অঙাংশিংবু লাইরিক-লাইশু তম্মীংনা জ্ঞান মপূং ফানা লৈহৌনবা কন্না পূক্লিং চংবিবা মতমশু ওইরম্মী। স্কুল মতমদতা নত্তনা, ওজাশিংগী ময়ুম-ময়ুমদা অঙাং ওইরিবা ছাত্রশিংবু কৌদুনা ফ্রীদা পৈশা লৌদনা

তাকপী তন্বীবসু ওজাশিংগী মথৌ ওইরম্মী। ক্লাস টূগী অরোয়বা পরীক্ষাবু নিম্ন-প্রাইমরি পরীক্ষা হায়না কৌনরম্মী। পরীক্ষা অসি থারমদায়দা থা অমা অনি ৱাৎলিঙৈদা স্কুলদুগী ওজা মকোক শ্রীনিংথৌজম য়াইমা সিংহগী ময়ুমদা অহিং লেপ্তুনা মতম মাঙহন্দনা বৃতি ফংননবা কন্না নৈখায়দুনা তাকপী-তন্বীগী থবক্তা মায় ওনশিনবীরম্মী। মতম অদুদা ক্লাস টূ তম্লবা ছাত্রদি ফজনা ময়েক চৎলবা, লাইরিক লাইশু হৈরক্লবা মীওই অমগুম সমাজ অদুনা শিংথানবিরম্লে হায়বা য়াই। মতম অদুগী ক্লাস টূ ছাত্রশিংদি শা-ষণ লৈনবা-য়োন্নবগী দলিল ইবা ফজনা হৈরম্মী; রামায়ণ, মহাভারত মহাকাব্যশিং মমাংঙৈদা খুৎনা ইদুনা থনম্বশিংদু ফজনা পাবা, নৈনবা ঙম্নরম্মী।

মতম অদুৱাইদা, ঐনা মঙাশুবা ক্লাস কাদ্রিঙৈদা দূর্গা পূজা তৌবগী নামাদা দূর্গা পূজাগী মতমদা, লাইরিক পূজা তৌনরিবনি হায়দুনা লৈকাইগী ইমান্নবশিংগা হৌনদুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈবা বামোন নিংথেমগী মাগুব মচি অমদা খাজিল্লগা দূর্গা পূজা তৌনবা হোৎনমিন্নরম্মী। মীয়াম্না তেরা নিংথেম হায়না খঙনবা, পাবুং গোটিময়ুম নিংথেম শর্ম্মা, জ্যোটিশ পাঞ্জি অফাওবা অমসু ওইখিবা, সংস্কৃত ব্যাকরন সাস্ত্রাদা ফজনা খঙ-হৈরবা, ঈশ্বরগী অজা-পূজা তৌবদসু থোইদোক-হেন্দোক্না মমিং চৎপা মীয়াম্না পাম্নজবা ঐজ্ঞা অহল অসিগী মচানিপা অনিখক লৈরম্মী। অহলনা তোম্বোই শর্ম্মা কৌই, অতোম্বনা ইবোতোম্বী শর্ম্মা কৌই। অতোনবা ইবোতোম্বী শর্ম্মদি ঐখোয়গী ইমান্নবদৌনা লোয়নরম্মী, তিন্নরমই। মহাক্তি ঐখোয়দগীদি খর হনবা মীতা ওইরম্মী। মহাক্না লোয়নবদগী পাবুং অমসুং ময়াম্বুং তোম্বোইনা ঐখোয় পূম্নমকপু লুনা-চান্না তৌবিরম্মী, অদুগা ঐখোয় পূম্নমক্না হায়জবমখৈ মখোয়না হরাও-হরাওনা য়াবিদুনা মতেং য়াম্না পাংবিখি। পীজ-পীথকপদসু হালেংবা লৈখিদে, নুংশিনা মতম পুম্বদা লোয়নবিরকখি। ঐখোয় পূম্নমক্না পাবুং অমদি ইমুং-মনুং পূম্নমকপু খক কাওবা

ঙমখিদে। দুর্গা পূজা তৌরিঙৈ মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী দূর্গা দেবীদা অনিরক ঐখোয় ইমান্নবা পুম্নমক্না খুরু-খুদক কুন্দুনা দেবী মমাংদা খুৎ লোন্নদুনা লৈরগা পাবুংনা দূর্গা দেবী খুরুম্বগী মন্ত্র অহানবদা শোনবিদুনা ঐখোয় পুম্নমক্না কোক নোন্দুনা খুরুম্লমই। মথং-মথং লাইশিংগী মন্ত্র শোল-শোল্লগা ইকোক নোন্দুনা অহুম মরিরক দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমখি। মমৈথংদা শ্বর্শতি ইমাগীদমক মন্ত্র তোঙান্না থীদুনা ঐখোয় পুম্নমকসু চিন্দা শোলহন্দুনা অহুম-মরিরক অমুক্কসু দণ্ডবৎ তৌদুনা শাংনা তিংথোক্তুনা খুরুমজখি। মদুদা ঐখোয় পুম্নমকপু পাবুংনা মন্ত্র অসিদি মহৈরোয়শিংনা ফাদবা য়াদবনিকো হায়দুনা তাকপীরম্মী। হৌজিক ফাওবা পাবুং নিংথেম শর্ম্মনা তাকপীরম্বা শ্বর্শতি খুরুম্বগী মন্ত্র অসি চিনফা পুদুনা থমজরি। "শ্বর্শতি মহা ভায়গ্য বিদ্যা কমল্লিনি বীশ্বরুপ্পী বীশারাক্ষি বীজন্দহি নমষ্টুটে নমঃ নমঃ"।

নুংঙাইরবা দূর্গা পূজাগী মতমদা স্কুলদা লাইরিক লাইশু তম্লীবা ছাত্রশিংনা মরুওইনা নিপা মচাশিংনা লাইরিক পূজা তৌরিবনি হায়দুনা দূর্গা দেবীগী তসবীর অদু লৈরগা মাগী-মাগী লৈকাইদা লৈরিবা মমান্নবশিং হৌনদুনা পুম্নমক্না শেনখায় তৌনরগা শঙ্গোয় মচিদা, মাণ্ডবতা, য়ুমগী মাঙ্গোলদা খাজিল্লগা অহিং য়ারেক সন্ত্রি তানদুনা হৈ নোবাব, শোলোম, হৈজাং, তোর্বোৎ হেক্তুনা অমদি কাং মপান, হরি খাগোক মশা, কিয়ামলৈ মশা, মনা য়াওবা চু-শাং, লফু পাম্বী অনি, ঘোট চফু অমা, চেংগী য়াম খর, সিন্দুর খর; লাইরিক থম্নবা ফাল অসিনচিংবা অমদি পানা তাঙ্গ্রা, হৈরুক, ধুপ, থাওমৈগা লোয়ননা অমত্তা ৱাত্তবমখৈ লাংশিন্দুনা পূজাগী লৈতেং ওইহল্লম্মী। জগৎদম্বী ইমা-ইবেম্মা দূর্গাগা কোন্ননা য়েকপা লাইশিংগী তসবীর অহনবা অদু অঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা, নাপু মচু অমদি মঙ্গ্রা মচুশিংগী চেশিং য়ান্ননা য়াৎলগা লৈতেংলবা ফজরবা উনা শাবা দলদুগী ময়ায়দা লেঙশিনহল্লম্মী।

কয়াদা ফজনা ঙান্থোইরিবা ! ইমান্নবা ময়াম পূন্না নুমিৎ মঙানি চুপ্পা দূর্গা পূজা হৌবা নুমিত্তগী হৌদুনা পূজা তৌফমদুদা অহিং লেক্কুনা পূজা তৌরম্মী, লাংলম্মী অমসুং নুংঙাইরম্মী। কয়াদা নুংঙাইনা ইমান্নবশিংগা হিপমিন্নরিবা, লাই খূরুম্মিনরিবা ! অদুবু ঐদি খর অঙাং ওইবনা অহিং লেকপদি তোয়না য়াওহনখিদে, নুমিৎ তারমদাইদা অয়াম্বা লাই খূরুম্বা লোয়রগা য়ুমদগী ইমানা নত্রগা বাবানা লৌবা হেক-হেক লাক্লম্মী। অদুবু, ঐগী থৱায়, পূক্লিংদি অদুম মফমদুদা লৈহৌখি; মখোয় ময়ামগী মরক্তা ঐসু অদুম তাওদুনা ইমুংগী ফমুংদা হিপচরবসু ইমঙ ফাওবদা ইমান্নবা ময়ামগী মরক্তা লৈখি। নোং হেক ঙানবগা মখোয়গী মরক্তা য়াওননবা থুনা য়াংনা অমুক য়ুমদগী তত্তনা মখোয়গী মনাক্তা লাকখি। কয়াদা নুংঙাইনা ইমান্নবশিংগা লোয়নরকপা ! হৌজিক ফাওবা কাউথোকপা ঙমদনা লৈহৌরি। অদুগী মথক্তা খর চাওবা ইমান্নবশিংনা নুমিদাংদা কনাগুম্বগী ইংখোলদগী লফোই অশংবা লউ য়াম্থরম্মী, অদুগা পূন্না লউ মপূমদুমা হুদুনা পুরক্লগা লাইদা কৎশিল্লম্মী। অদুদসু নত্রি, মীগী ইংখোলদা হৌবা, পাল্লিবা হৈ নোবাব অচৌবা, তোর্বোৎ অচৌবা, শোলোম অচৌবশিং লোন্না হেকউরগা লাইদা কৎশিল্লম্মী। মদুগুম্বা থবকশিং অদু তৌরগা ঐখোয় ময়াম্না লাংদুনা নুংঙাইবা শাগৎখি। অদুবু কনা অমত্তনা ঐখোয়গী মরক্তা য়ুমপোৎ, মরন্নাইগী ওইবা তান্নবগী ৱাফম লৈনখিদে, ইচম চম্না পূম্নাং লাংমিন্নবগী ৱাফমতনি। পোৎশকশিং অদুসু য়ুমথোং অয়াম্বদা মরাং কায়না ফংনবা, হৌনবা, লৈনবা ঙাক্তা ওইনা তৌরম্মী। অহল-লমনশিংনসু থোইদোক্লা হেন্না ৱারৌনবা তৌনরমখিদে। “হে-রা ঃ অঙাংশিংনা কুম অমগী মনুংদা অমুকখক্তং লাইরিক পূজা তৌবগী হুরানখিবা ওইরিনি ” হায়দুনা মখোয়না খর ঙাঙলগা অদুম মখা তানা শাউনরমখিদে।

# মন্দিরদা লাই উবা

পূন্সিগী অহানবা ওইনা, দেবী পূজা, লাইরিক পূজা তৌবা য়াওরুবসিদা পাবুং নিংথেম শম্মগী লাইগী মণি মন্দির মনুংদা লাইশিংগী মূর্তি ময়াম অমা অনেম-অৱাং নাইনা সিংহাসন অচৌবা অমগী মথক্তা মথং-মথং ঙাম্থোইদুনা লৈরিবসু মন্দিরদুগী থোংজাও হাংদোক্লকপদা উবা হেক ফংজরুখি। মতম অদু অয়ুক্কী লূক কৎলমদায়দা হাংদোক্লকখিবনি। ঐসু মতম অদুদা মন্দিরগী মমাংদা লৈরিবা চাওরবা মাণ্ডব অদুগী ময়ায়মক্তদা হেক লেপ্লুবা থোকখি। মণি মন্দিরগী থোঙজাওদু হেক হাংদোক্লকপদা খর চংশিঞ্জরগা য়েংশিঞ্জরুবদা লাই ময়ামশিংগী মূর্তিশিং অদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামজবা, নুংশিজবা, পূক্নিং হূজবা লাইমচা অমখক খুরু-খুদক কুল্লগা লালূ অঙৌবা মতুম অমা মখুৎ য়েৎনা পায়দুনা ময়াদা হুক্কদৌবগী তৌদুনা লৈবা অদুগা ওয়থংবা খুৎনা চৈ মতেক অমা পায়দুনা লৈবাক্তা নম্লগা ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকপদুগা মায়োক্লজখি। লাইমচাদুগী কুচুদি শংবান্নবা কুচুনি, লাইবক ময়ায়দা অঙৌবা চন্দনগী U গী খুদম্না ময়েক লানা থীল্লি, মকোক্তু মরু কোকপগুম তৌই, লৱায় লেম্ফুদগী খর হায়গৎলগা কোক্কী অরোইবা মতোন মথক্তা তুম্বক তানা খর তোংখত্তুনা লৈবদুসু উখি, ওম্থোক্লা নুংশিরমখ্রে, ঐঙোন্দা লক্লদুনা লৈবগী ৱাখলদা ঐবু ফাওহল্লম্মী। ঙাইহাক্তংদুদা ঐগী ৱাখল, পূক্নিং পূম্নমক মঙোন্দা পূংলূপ লূপখিদুনা অতৈরোমদা থোইনা

খোইদারুখিদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মন্দিরগী থোঙজাওদু ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মনা মনুংলোমদগী থীংজিনখি, কুইনা য়েংবা ফংখিদ্রে, পেলহৌখিদ্রে। নুমিত্তুদগী ঐগী ৱাখলদা লাইমচাদুতবু নীংশিংদুনা লৈরকখি।

নোংঙাল্লগা অমুক মন্দিরদুদা চৎলগা করম্বা মতমদা থোঙ হাংগদগে হায়না য়াম্না কিনা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা লোন্না কৌথোক্লগা হংজখি। মতমদুদা ঐজ্ঞানা "করিনো, করি তৌরে" হায়না লাওনা কন্না খুন্নকপদা ঐনা "ঐজ্ঞা করিশু তৌদে, চুম্নতা হংজবনি" হায়না অশেংবা অপাম্বদু কিদুনা খুদক্কুনা হায়দোক্লমখিদে। অমুক হন্না ঐঙোন্দা য়েংলগা - " নঙগীসি করিনো অমদি লৈরমগনিসে, করি অপাম্বা লৈবগে ? হায়যুনে, ঐ পীবিগেনে, হৌজিক্তি থোঙ হাংবা য়াদে, হোরেনৱাই হাংগদবনি, নখোয়বু উহনবা য়াদে" হায়না পাওখুম পীবিরকখি। ৱাফমদু তাবদা ঐনা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা ঐগী অপাম্বসি শেংনা হায়দোকহৌরসিরা হায়না মওল-মওল ইতোমতা খল্লকখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐবুসু য়াম্না লূনা মনাওগুম্না নুংশিবিখিবনি। ঐগী নুংশক্লবা মওংদু উবদা মহাক্না অসুম্না হায়বিরকখি ঃ "ইনাওনা অপাম্বদু হায়যু, ঐ শোয়দনা পীগে, ইনাওগী নীংবা থুংহনগে"। ৱাফমদুদা ঐঙোন্দা লাংতক্লবা ৱাখল অমনা ইনশিল্লকপগুম তৌদুনা ফাওহল্লকখি , মদুদি ঐগী পাম্লিবা পোৎশক অদু ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ফজনা খঙখ্রবা মাল্লে, মদুদি, ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বদু মঙোন্দা ফোঙদোকহৌরগা শোয়দনা ফংহৌবনা ফগদ্রা খল্লকখি। মদুদগীদি ঐজ্ঞদা লোন্না পাওদমজগে হায়জরবদা ঐজ্ঞানা "লাওনে কনাসু খঙহল্লোই, তাহল্লোই, ফজনা মুন্না তম্মুনে," হায়দুনা কনাসু লৈতবা মাগুব মচি অমদা ঐবু কৌশিনবিখি। মফম অদুদা ঐগী অশেংবা ৱাফম পূম্নমক লোয়না ফোঙদোকচরে, মদুদা ঐজ্ঞাসু পূক্নিং চংনা তাবীদুনা ঐবু নীংবা কায়হন্দনা শোয়দনা পাঙথোকপিগে হায়বিরকখি অমসুং ঐগী নঙ্গন্দা

খুবাক্লা পোপ-পোপ থাবিদুনা "অদুগী ওইরে, চৎলো চৎলো হয়েং শোয়দনা নঙোন্দা লোন্না পীবিগে, নখোয়গীসু লাইনে" হায়বিরকখি। ঐসু হায়দোকপা ঙম্লমদবা ৱাদু হায়দোকখিবদগী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা শোয়দনা লাইমচাদু ফংলগনি হায়বগী আশাদা "ঐজ্ঞা শোয়দনা পীবিয়ুকো" হায়জরম্লগা য়ুমদা হরাওনা হঞ্জরকখি।

ঐজ্ঞা তোম্বোইগী ৱাফমদা নুংঙাইজদুনা নুমিত্তুদগী ঐগী অপেনবা শক্তমদু লৌদুনা ঐজ্ঞা তোম্বোই অমদি লাইনুংদা লৈহৌরিবা লাইমচাদুগী ৱাখলদা অহিং নুংথিল নাইদনা খঞ্জদুনা নোংমদি শোয়দনা ঐগী লাইমচাসি ফংজরগনি হায়বগী স্বাভাবতা অঙাং ওইরিবঁ মতম খরদু লেঞ্জরকখি। মতম অদুদা ঐনা পামজবা লাইমচাদু ঐজ্ঞা তোম্বোইনা শোয়দনা পীথোরক্কনি হায়বসিসু ঐগী অচেৎপা থাজবা ওইরকখি। মৈতৈনা লাই শোকপা য়াদে, লাই লাৎপা য়াদে হায়বগী ৱাফমশিংসি মতম অদুদা ঐঙোন্দা শুকফাও ফাওরমখিদ্রি, খঙলমখিদ্রি, ভাব তারমখিদ্রি, চুম্নতা পামজরুবা, নুংশিজরুবা, শান্নমিন্নজনীংবা, লোয়নজনীংলুবগী ৱাখলদা তাওদুনা লৈরমখিবনা মাংবা শেংবগী অর্থ মুন্না খঙদনা " লাইমচাদুতবু" ঐগীতা ওইনীংলুবা, পামজরুবতা ওইরম্মী। মথংগী নুমিত্তা অমুক ঐজ্ঞা তোম্বোই উনবা চৎলম্মী, মদুদা লোন্না অমুক হায়জখি ঃ " ঐজ্ঞা ! ননাওদা লাইমচাদু পীরো, ঐগী মঙদা লাইমচাদুগা শান্নদুনতা লৈরম্মী, মাঙখ্রে, চেনখ্রে তৌরগা ঐজ্ঞাখোয়গী লাইশঙদা চেনশিনখিদুনা হেক্তা লোৎখি, মঙফাওনরবা মতমদা থিবা হেক্তা খঙখিদে, হন্দক্তি পুন্দুনা থম্লগে মঙদুদা," ৱাহৈশিং অদু তারগা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা নোক্লগা হায়রকখি ঃ " ঙসিদি নুমিৎ ফত্তে, হয়েং শোয়দনা পীরগে, নঙ করিসু ৱাগনু, নমঙদদি শান্নমিন্নরিদনা মহাক্কা লোয়ননা, ঐনা শোয়দনা পীগনি, মী তাহনবা য়াদেকো," হায়দুনা ঐবু ৱারৌদনবা থেমজিনবিখি।

ঐসু মানা হায়রিবদু থাজদুনা " শোয়দনা পীবিয়ুকো ঐজ্ঞা" হায়রম্লগা মরাইনা পীজরক্কনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা চিংনবা লৈতনা য়ুমদা হল্লকখি। অসুম তৌদুনা লাকপনা, অজ্ঞ্যা তোম্বোই থিবা ফংননবা হায়দুনা হেক-হেক মখোয়গী ময়ুমদা মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মগা শান্নমিন্নবা লাকপনি হায়জিন্দুনা য়াম্না তোয়না চৎলকখি। করিগুম্বা মতমদা পাবুং নিংথেম শর্ম্মনা " ইবোতোম্বী লৈতেনে, কদায়দা চৎখ্রবনো খঙদেনে "হায়দুনা খুম্লকই, মদুদা ঐহাক য়াম্না কিবা, ইকায়বসু পোল্লকখি। ঐসু মাবু লৈরমদ্রবদি হেক্তা য়ুমদা চুমদ্রিং হল্লকখি। ইমানা "কদায়দা চৎলুই" হংলকপদা "তোম্বোই থিরুবনি, উনরুবনি" হায়বসি খক হায়দোকখিদে। " বামোন ইবোতোম্বীগা শান্নরুই, মখোয়দা," হাযদুনা হেক্তা হায়জিনখি। বামোন তোম্বোইনা লাইমচাদু পীগনি হায়বগী মহাকপু থিরুবনি হায়বদুমদি কনাদসু ফোঙদোকখিদে। মরমদি তোম্বোইনা মীঙোন্দা হায়দোক্কনু হায়খি। ঐজ্ঞা তোম্বোইসিসু য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈতবা বামোন মচা ওইরম্মী; ঐনা থিরুবা, তান্নরুবা ঙমখিদে, মরমদি ঐসি অঙাং য়াম্না ওইরম্মী, মপূং ফানা জ্ঞান লৈরমদ্রি।

নোংমদি লাইবক ফবদগী ঐজ্ঞা তোম্বোইসি লম্বীদা ইবানিদা থেংনখি। ঐনা ঐজ্ঞাদা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জখি ঃ " ঐজ্ঞা, ঐনা হায়জবদো কৈদৌঙৈ পীবিগদৌরিবনো, ঐদি ঐজ্ঞা থিবদা, হংবদা শিরে"। ঐজ্ঞানা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকখি ঃ " লাও ৱা হায়গে,", ঐনা মনাক নক্লা পরপ-পরপ চংশিঞ্জে, অদুগা মহাক্লা ঐঙোন্দা লোন্না তাকপিরকখি ঃ "লাইমচাদো, নঙনা পাম্মী হায়বদো, ইফোং ফোংনা পীবা য়াদেয়ে, লোন্না পুথোরক্লগা নঙোন্দা লোন্না শিন্নদুনা পীগদবনে, মীমাং পোমাংদা হংঙক্কনু, হায়রক্কনুকো, ঐনা থোকপা নোংমা শোয়দনা তুমিন্না পুরক্লগা নঙঙোন্দা শিন্নগদবনি, চৎলো,

চৎলো, নয়ুমদা ইপলগা ইন্দ্মানগনা থিরম্লগনি"। অসুম্না হায়বিদুনা ঐবু থেন্নগা ইয়ুমদা থাজিল্লকখি। ঐসু তুমিন্না তাদুনা মানা হায়রিবমখৈ থাজরগা নোংমদি শোয়দনা লাইমচাদু ঐনা ফংগনি, ঐগী ওইগনি খঞ্জখি। অসুম্না নোংম-নোংমগী হৌখিদুনা নুমিৎ তরানিমুক হেল্লক্লবা মতমদা পূক্লিংদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা লাইমচাদু পীররোইদবা মাল্লি হায়না থাজরক্তবা পোক্লপদগী নীংবা কায়রদুনা হেক্তা ময়ুমদা অমুক হন্না চত্তুনা হংলুরগে খন্দুনা লাকপদা মখোয়গী থোঙ্গালদা মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মগা কোক হেক থেংনরম্মী। "কদায় চৎলিবনো ? ঐখোয়দা লাকপরা ? " হায়না মহাক্লা হংলকপদা, ঐনা মঙোন্দা হেক্তা "ঐজ্ঞা তোম্বোই লৈহৌবরা" হংজখি। "লৈহৌদে, করিগীনো ঐখোয়গী তামোদু হেক হেক হংলিবো?" ইবোতোম্বী শর্ম্মনা হায়রকখি। " করিসু নত্তে, করিনোমা হংগে তৌবনি" হায়না ঐনা খুমখি।

মতমদুদা, ইবোতোম্বী শর্ম্মনা চিংনবা অমা পোকখি, অদুগা অমুক ওনশিল্লগা হায়রকখি ঃ " ঐঙোন্দা হংবা য়াদ্রা ? ঐখোয় ইচিন-ইনাওনি, তামোনা ঙম্বদু ঐসু ঙম্মী"। ঐনা মতমদুদা খল্লকখি ঃ " মহাকসিসু লাইনুংদা চংবা ঙম্লমগনি, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা অসুক কুইরবসি ফাওবদা ঐগী লাইমচা পীনি পীনি হায়রগা শুকপী পীবিদে, লোৎখ্রবা মাল্লে, পীররোই খনখ্রমাল্লে, অদুনদি মনাও নিপাসিদা পীবা ঙম্ব্রা হংলসিরা ?" অদুদগীদি ঐনা " হংবা য়াবজাৎনি" হায়রুবদা " লাওনে, লাওনে, করিনো হায়ুনে " হায়দুনা ইবোতোম্বী শর্ম্মনা থোঙ্গালগী মনুংদা চংশিনখি। বামোন নিংথেমগী থোঙ্গালদুদি ৱাগী কোম্থোং অনানবনা পাল্লম্মী, কোম্থোংগী নাকন অনিমক্তা লৈপন ৱাংনা তাখত্তুনা শাংনা শাংনা য়ুম অমদি মাঙব লাইশঙশিংদু কোয়শিন্দুনা থল্লম্মী। লৈপন্দুগী মনুংদা কোম্থোং নক্লা মনা লৈ অঙাঙবা পাম্বী, নাক-য়েৎ অনিমক্তা থারম্মী। মরী চৎপা মনা-লৈ পাম্বীগী মশা মরেংনা

নাক য়েত্তা খারিবা লৈপন মথক্তা পরেং-পরেং শান্দোক্তুনা লৈপন্দুবু কুপশিল্লম্মী। মনালৈশিংদুগী অঙাঙবা লৈশিংনা অশংবা মনা খরতগা য়ান্নদুনা ফুগায়না মকা লাম্না শাৎলম্মী। থোঙ্গালগী চংফম অদুবু ফজহল্লিবা দৃশ্য অদুদি থোঙ্গাল হেক কানশিন্দুনা চংগদবদা চংলক্লিবা মীপুম খুদিংদা থুক লাওবা, পুক্লিংদা লাংতক্লহনবা, হঙ্গোয়জবা অমা হেক ফাওহল্লম্মী। চংফম থোঙ্গাল অদুসু ওন্থোক্লা লুনা নান্না থল্লম্মী। উনা মচেৎ অমা ফাওবা তাহন্দনা, য়াম্না শেংনা ফজনা থল্লম্মী। লৈপনগী মনুং থংবা শরুকশিং, লৈপন্দগী খজিক্তং লাপথোক্লা লৈবা পরেংশিংদা কুন্দালৈ, কবোকলৈ, মালিকা লৈ, কুন্দো লৈ, জাতি কুপ্পী, থাবল-লৈনচিংবা মখল কয়াগী লৈ পাম্বীশিংনা লৈশাৎ তমদুনা শাৎলম্মীবশিংদু য়েংবদা পুক্লিং হুনবগী মশক ঙাক্তা ওইরম্মী। থোঙ্গালদু হেক চংবগা নাকনগী লৈপন পরেংগী মালিকা পাম্বী হৌরিবা মখোঙ অদুৱাইদা ঐবু কৌশিল্লগা মহাক্লা হংলকখি ঃ "করি হায়গে তৌরিবনো ?" মতাং অদুদা ঐনা হায়দোক্লসিরা, হায়দোক্লমসিরা হায়বা নুংনাংবা ৱাখল অমসু খঙলাক লাকখি ; মরমদি " ৱাফম অসি কনাসু খঙহনবা য়াদেকো" হায়না ঐজ্ঞা তোম্বোইনা হায়খিবদু খংনীং হেক নীংশিংলকপদা নুংনাংঙকখিবনি। অমুকসু হন্না ইবোতোম্বী শর্ম্মনা হায়রকখি ঃ "হায়রোবা! পাবুংনা কৌরক্লগনি, ঐ চঙখ্রগে !" "চঙখ্রো ! কোন্না হায়রগে," হায়রম্লগা ঐহাক্লা হৌদুনা চেল্লকখি, হায়রমখিদে। মানা "ঙাইখোনে, ঙাইখোনে" হায়না কৌরকপদা ঐদু শুক্তা তারমদনা কন্না অদুম চেল্লকখি। ৱাফম অসিদা ইবোতোম্বী শর্ম্মদু করিগুম্বা খরদি চিংনদুনা লৈহৌবগুম তৌখি।

নুমিৎ খর লৈরগা ইবোতোম্বী শর্ম্মনা ঐবু থিরকখিবা হংলকখিবা পাও ফংখি। মদুগী শমিন অদু য়েংখোম পিশক কৌবা ঐগী ইথক খরা থোংবা ঐখোয়গী য়ুমগী মমাং থংবা ইংখোলদা লৈবা ঐখোয়গা পূন্না হেক হেক

লাইরিক তম্বা চৎমিন্নরম্বা, নিপা মচাদুনা ঐঙোন্দা পাওথাং ওইনা তম্লকখিবনি। মতম অদুদা ঐগী ইমিং অসি "অশুপ্পা" কৌরম্মী। পিশক্লা ঐঙোন্দা হায়রকখি ঃ " অশুপ্পা নঙবু বামোন ইবোতোম্বী শর্ম্মনা থিখিবনি, করি হায়নবা লৈবগে ? মানা নঙবু উবরা হংলম্মী "। পাওসি তাবদা অমুক ঐনা ইবোতোম্বী শর্ম্ম উনরগে, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা পীরক্তবসি কুইরে, মঙোন্দা অমুক ঐগী অপাম্বদু ফোংদোক্লগে খল্লকখি। অদুবু, নুমিত্তুদি উনবা ফংখিরমদে।

মথংগী নুমিৎ অমদা মমাং লম্পাক্তা অঙাং ময়াম্না কাংজৈ শান্নবদা ইবোতোম্বী শর্ম্মদু উনখি। মানা হায়রক্লম্মী ঃ "নঙনা নহাল ব্রা অমা হায়গনি হায়রগা কন্না চেনখ্রিবা করিগীনো? করি ব্রানো, হৌজিক হায়রো।" ঐনা ঙাইহাক লৈরগা, কাংজৈ শান্নবা লোইরগা শোয়দনা হায়গে হায়বদা মহাক্লা য়ারম্মী। কাংজৈ শান্নমিন্নবা লোইরগা ঐখোয় অনিদা পরপ-পরপ লাকমিন্নখি। অদুগা মখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরকপদা " করিনো হায়রো" হায়দুনা ঐগী ইখুৎ পায়দুনা হংলম্মী। ঐনা য়াম্না চেকশিন্না মঙোন্দা হায়রম্মী " নখোয়গী তামো তোম্বোইনা ঐঙোন্দা নখোয়গী লাইনুংদা লৈরিবা লাইমচা শংবান্নবদু পীগনি হায়খি, মদু পীবিরো হায়দুনা হংবা লাকখিবনি তামোদা, অদুগা মহাক লৈরমদবগী ব্রানি, অদুনা, মঙোন্দা হায়ররোই, নহাক্লা ঐঙোন্দা পীবিরো।" ব্রাফমসি তাবদা ইবোতোম্বী শর্ম্মদু হায়ফেৎ নোকফেৎ তৌরগা " অদুগী ওইরে, নহাল নহাক্লা ঐঙোন্দসু হায়বা য়াই হায়রল্লগা, হায়রমদনা চেনখ্রিবদুদি" হায়দুনা খুল্লকখি। অদুগা মহাক্লা অমুক হায়রক্লম্মী, " নহাক্লা পাল্লিবা লাইমচাদো ঐসু পীবিবা ঙম্মী, নহাক্লা ঐখোয়গী তামোদা হান্না হায়রুরবনিনা মঙোন্দা পীয়ু হায়না অদুম কন্না তক্লখো, মানা পীয়ু য়াদ্রবদি ঐনা শোয়দনা পীবিগে, ঐঙোন্দা পাওদু থুনা হোদোরকউ।" ব্রাফমদু

মহাক্না হায়রম্লগা “ পাবুংনা ঐবু কৌরমাল্লে, মখোল তারে ” হায়দুনা ঐবু থাদোক্লম্লগা ময়ুমলোমদা পরপ পরপ চংসিনখি, ঐসু অদুম য়ুমলোমদা হল্লকখি। লম্বীদা ঐনা অসুম লাকপদা ইতোমতা খঞ্জরকখি ঃ “ মাসু লাইমচাসি পীবা ঙম্বা জাৎ ওইবে।” মদুগী নুংঙাইজবা অমা ফাওদুনা ঐনা লালু অঙৌবা পায়বা লাইমচাদু ময়াম্বদগী ওইরো, মনাওদগী ওইরো শোয়দনা ফংজরগনি হায়বগী ৱাখলদা তাওদুনা লাকচখি।

অঙাং ওইবগী ৱাখলদা, নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা ঐগী লাইমচা গোপাল দেবতাবু ঐগী ওইদুনা য়ুমদা পুশিন্দুনা থম্লগা ইতোমতগা লোন্না শান্নমিন্নগনি হায়বগী শর্ণিদা নুংঙাইনা তাওদুনা মতম খর লেঞ্জখি। মতম অদুদা ঐনা ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মবু ইতোমতগা উননবা মফম চাবা য়েং-য়েংদুনা তাঞ্জা ঙাইদুনা কোইথি থিবসু হৌরকখি। অদুবু অয়াম্বা মতমদা ঐনা মাবু থিবা ফংখিদে; মরক মরক্তা ময়ুমদা হেক হেক চৎপদসু মাদি মখোয়গী পাবুংগী মনাক্তা কুন্দুনা লাইরিক হেক্তা তৌদুনা লৈরম্মী। ৱারী শাবা, ৱা হংবগী তাঞ্জা অমত্তা ফংবা ঙমখিদে, ঐসু ফীভমদু হেক উরুবদা পাবুংনা চৈরক্কনি কিবদগী য়ুমদা হেক্তা পরপ পরপ হল্লকখি। ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মসি ঐঙোন্দগী লোন্থক অনি হেন্না হনবা মীওইনি; ঐবুদি মনাওদা মনাওদৌনা য়াম্না চান্না, লুনা নুংশিনা তৌবিখি। মহাক্কী মনাও ইবোতোম্বী শর্ম্মসু ঐঙোন্দগী খরা হেন্না হনবা লোন্থক্লি, মমীৎ-মনা য়াম্না শিংই, অঙাং ওইনা লমজেলসু য়াম্না য়াংখি, লাইরিকসু ফখি, লাই গৌরী ঈশৈ শকপসু ঙমখি। মতম অদুদা অমাং-অশেংগী ৱাফমসি য়াম্না চ্যেকশিন্না ঙাক্লা চৎনরম্মী। নিতি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংৱাইরমদা লাইগী গৌরী ঈশৈ শক্তুনা পূং ঝালগা লোয়ননা আর্তি কত্তুনা লাই খূরুম্নরম্মী। মদুদা ইবোতোম্বী শর্ম্মনা ইতৎ-তত্তনা গৌরীগী ঈশৈ হন্দুনা শক্করম্মী, তাবদা য়াম্না মখোল নুংশিরম্মী।

ঐসু গোপাল দেব লাইমচাদু য়েংনীংবা, উনীংবা পোকপদগী লাইশঙগী থোঙ হাংবদা মতম চানা চানা লোন্না য়ুমদগী চেন্দুনা গৌরী ঈশৈ শকপা য়াওবা লাক্লম্মী। অহুম মরিরক য়াওরকখি অদুবু গৌরী লোইরকপদা বালভুক চাবা লোয়রগা য়ুমদা হল্লকপদদি নুমিদাং মম্বা ওইরকপনা ইতোমতা অৱাবা কয়া নংখিবসু য়াওরকখি। মরম অদুনা ঐনা গৌরী ঈশৈ য়াওনীংলবসু, য়ুমদা হল্লকপদা অমম্বগী অকিবা লৈবনা অহলশিংনা ঐবু শেন্নবা ৱানা থোকখি, অদুগা ঐবু অমম্বদা চৎথোকপা থিংখি।

অদুবু, থম্মোয়দদি নুমিদাংৱাইরমগী গৌরীগী ঈশৈ তারকপদা পূক্লিংদা ইরাং হৌদুনা ঐগী ৱাখলদা ঐহাক গৌরী য়াওদুনা লৈখি। ঐগী লাইমচা গোপাল দেবতাবু পূক্লিংগী ইমীৎনা মীৎফম হোংবা লৈতনা লাপ্না ভক্তি তৌজদুনা উজবা ফংজখি। অঙাং ওইবা ঐগী ৱাখলদা গোপাল দেবতাবু শোয়দনা নোংমদি ঐঙোন্দা মখোয় মচিন-মনাও অনিগী মরক্তগী অমনদি পীবিরক্কনি হায়বা থাজবদু লেঙদনা অদুম লৈরকখি। মতম অদুদা, ঐনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা মচিন-মনাও অনিগী মরক্তা অমা হেক থেংনবদা নত্রগা উনবদা ঐগী লাইমচাদু কৈদৌঙৈ পীবিগদৌরিবনো হংনীংবা, পীবিরো হায়নীংবা অমা হেক্তা পোকচখিবনি। মখোয়গী মশক হেক উরুবদা ঐগী লাইমচাদুসু নুমিত্তুমদি অদুম কাউবা ঙমদনা পূক্লিংদা খন্দুনতা লৈজখি অমসুং পূক্লিংদা ৱারী শারগা নুং-দা নুংঙাইজবতা ওইদুনা লেঞ্জখি।

# য়ুমদা উসব কৎপা

নোংমদি ঐখোয়গী য়ুমদা অচৌবা উসব অমা পাঙথোকখি। ঐখোয়গী অহলশিংনা থৱায় য়াওনা শীল-লাংদুনা পাঙথোকপা উসব ওইখি। উসব অদুদা, লৈকাইগী অহল-লমন পূম্নমক, অরাপ্পা অনকপদা লৈবা মরী-মতাশিং, ইমুংসিদগী থোকখিবা ইনে, ইচেশিং, ইমুংগী অহল-লমনশিংগী মরুপ-মপাশিং, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিং পূম্নমক তিনখিবা, য়াওখিবা উসব অমা ওইরম্মী। মতম অদুদা ঐদি অঙাং ওইবনা পুম্লাং লাংবা, অমদসু অমুক য়েং, অমদসু অমুক চৎ তৌদুনা লৈখি। ইমানা ঐবু উসব নুমিত্তু শেংনা ঈরুজথোকপিদুনা লাই খূরুমগদবনি হায়দুনা ফৈজোম মচা অমা শেৎচিনবীখি। মথংদা, চন্দন চৱা থিঞ্জিনবীদুনা “ কোইচেন চেনগনু, তুমিন্না মফম অমদা লেঙদনা লৈয়ু ” তাকপিরম্মী। মতম অদুদা ঐখোয়গী চাওরবা য়ুমজাও অমা লৈরম্মী, কা তরেৎকী তুম্নৌ ইনা কুপ্পা মৈতৈ য়ুমশাগী য়ুমজাও ওইরম্মী। মদুগী মনুংদা লৈরিবা কা মশীঙ অসি মমিং তোঙান-তোঙান থোন্দুনা লোইনা কনশিন্দুনা থম্লম্মী। অহাংবা অরেম্বা কা অমত্তা লৈরমখিদে। কাশিং অদুদি - ফমেন কা, লুখুম কা, নিঙোল কা, ফুঙ্গা লৈমরেল কা, চাখুম কা, ফৌগৈ খিন্নবা কা অমসুং মাঙ্গোল মাংশোক্কী কা অসিনি। ঐখোয়গী য়ুমজাওসি লমদম অসোমদা লৈরম্বা মীশিংনা “লিশম য়ুমজাও” হায়না খঙনরম্মী। অওইবমক মতম অদুদা ঐখোয়না খঙহৌবদা

য়ুমজাও অদুগী মাঙ্গোল মাংশোক কাদুদা খা-ব্রাং ফম্নরগা লৈশাবী পাখংশিংনা কাং শান্নবা ফাওবা য়াওখিবা উহৌই। য়ুমজাও অদুগা চাননা অচৌবা শুমাং অমদি অচৌবা অৱাং থংবা শঙ্গোয় পূম্নমক লোইনা অথাবা ই তুম্নৌনা কুপ্পা ঙাক্তা ওইরম্মী। অচৌ অচৌবা শুমাং, মাঙ্গোল, শঙ্গোয়শিং লৈবনা ঐদি ইনীং-ইখা তম্না শান্নবা, লাঙজবনা ইথৌদাং ওইরম্মী। ঐখোয়বু পোকপিবা ইপা ইবুংঙোদি ঐনা হেক খঙজরকপদা শ্রাদ্ধ, দেব কর্ম্মশিংগী ঈশৈ শকপা, ঈশৈ হনবা, দেবী পূজাগী ঈশৈ হনবা, শকপা, বাশক ফাংনবনচিংবদা ঈশৈ শকপা হনবা অসিনচিংবা য়াম্না তোয়না য়াওরকপা মীশক অমা ওইনা উখি। মরম অদুনা য়ুম অদুদা মণিপুরগী মমিং লৈখিবা অফাওবা ঈশৈ শকপা, পূং য়ৈবা, গৌর-সম্প্রাদায়দা লূপচবা, তাওজবা কলাকারশিং অয়াম্বনা অৱাং শঙ্গোয় অচৌবদুদা হেক হেক পূং-ঈশৈ তিন্নখিবা উরকখি। ঐনা মপূং ফারকপা ক্লাস ঐইট, নাইন তম্লক্লবা ফাওবদা ফজনা ঈশৈ নৈনখিবা, তিন্নখিবা খঙজহৌই।

মতম অদুদা খঙজহৌবা ঈশৈ তিন্নবদা য়াওখিবা অহলশিংগী নীংশিংজবা ঙম্বা মমিং খরদি - ওক্রম কৈকোন, অকোইজম নরানসিং, উচেক্কোন লোখোন, পালা অহল সনা, বামোন অভিরাম শাবা, নারেংকোঞ্জিন চন্দ্রসিং, মাইবম ইবোহল, ককৱা শিতোল, তেন্থা মধুমঙ্গোল শর্ম্ম, অসিনচিংবনি। মখোয়শিংসি নত্তবা মতম অদুদা পালা-তম্বা, ঈশৈ-অরিবা ঔরাইবশিং কয়া অমসু য়াওখি। অদুগা, ঈশৈগা পূংলোনগা চান্নবা ঔরাইমিন্নবদা য়াওখিবা ঐনা খঙজহৌবা উজহৌবা শক্লাইবা পূংয়ৈবশিং খরদি - স্নাখ্বা পঞ্জাবী, থৌনাও চাওবা, শৌগ্রাকপম পীতম, সমান্দ্রাম মোহোনশিং, সমান্দ্রাম কাওরেন, পাংঙম্বম অমুবা অদুগা অঙাং ওইনা য়াওখিবা শমচেৎশাবম ইবোতোম্বী, ককচিংগী ঢাকা অসিনচিংবশিং খর অসিদি নীংশিংবা ঙমহৌই। মতম অদুদা

ঐখোয়গী ইমুংদা ইচেশিং ময়াম অমা লৈরম্মী; মখোয়শিং অদুনা ময়ামদুগী সেবা সেবীশিংদু পূক্লিং চংনা হরাওনা হোৎনখিবদুসু ফজনা খঙজহৌই। মরম অদুনা, ঐখোয়গী উসব মেলা তৌবদা মী মশীঙ য়াম্না য়াম্না তিনখিবা অমদি লৈখিদ্রবা ইপা ইপূশিংগী কৃর্তন চাওনা চাওনা কৎখিবশিং অঙাং ওইনা ঐহাক্না খঙহৌই, থেংনহৌই।

ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা হায়ববু অদুগুম্বা উসব কৎপসিদা উসবকী চাক ঈশিং থোংবা থাকপা লোয়রকপদা, থোং-থাক্লিবা পোৎলম পূম্নমক অমত্তা চিথদনা খর খর লৌখৎলগা ফজনা লাকোই য়াত্তুনা শেম্লবা চাকলূক লাদা, দোনা মচা মচা ময়াম অমগা লোয়ননা চাকলূক্কী অকোয়বদা থমদুনা মখল মথেলগী য়েনশাংশিং হাপ্তুনা মীয়ামদা পীজদ্রিঙৈদা লাইদা হান্না কৎথোকপা অদুদা ঐগী নীংবা থুংজবা অমা ফাওখিবা অদুনি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদুদা কৎখিবা উসব অদুদা, অনকপদা লৈরিবা বামোন ময়াম অমনা উসবকী থোংবা থাকপা লোয়রকপদা বামোন ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মখুৎ ওয়না অঙাংমচা অমগুম্না ফিনা য়োমশিন্দুনা কোল্লগা মখুৎ য়েৎনা কাংশি অমা য়াল্লগা কাংশি অদুসু খুৎ য়েত্তুনা অদুম কাংশি মখোক অমা পায়রগা কাং কাং, লন্না-লন্না খীঙদুনা তপ্না-তপ্না ঐখোয়গী অৰাং শঙ্গোয়রোমদা মকোক্তা ফি অঙৌবা অমা খুমজিন্দুনা চঙশিল্লকপা উরকখি। মদু হেক উরুবদা করিনো, কনানো অমা পুরক্লিবা অদুবো হায়দুনা ঐনা য়াম্না খঙনীংবা, য়েংনীংবা অমা পোকখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা শঙ্গোয় হেক কাখৎলকপদা ঐখোয়গী বাবানা খুরুখুদক কুন্দুনা ঙায়খি। হেক কাখৎলক্লগা শঙ্গোয়গী মচি অমদা হান্না অরাংফম্না শেমদুনা থম্লবা লাকোয় অমদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা য়াম্না চোকশিন্না ফি মচা অমনা কুপশিল্লগা পুরকপা অঙাংমচাদু থম্নবা হোৎনরকখি। নীংথিনা য়াত্তুনা শেম্লবা লা লাতোল অদুদা হেক থম্বদা কুপশিল্লকপা ফি-রোলদু মচি

অমা হাংদোক্তুনা মমায় খরা উহল্লকখি, অদুগা বামোন মশাদু নাকন্দা লৈথোক্তুনা লৈখি, মতম অদুদা অপোকপা ইপা ইবুংঙোনা উপ্রাক উপ্তুনা শাংনা তিংথোক্তুনা মমায় অৱাংলোমদা ওন্দুনা খুরুমজখি। ঐসু বাবাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা উপ্রাক্তা উপ্তুনা বাবানা তৌবগুম্না খুৎ অনি মাংলোমদা তিংথোক্তুনা খুরুমখি, অদুগা মায় হঙ্গৎলকপদদি ঐগী মীৎকা মপা চপ চাননা য়েংশিল্লুবদা ঐগী পামজবা লাইমচা গোপাল দেবতা ওইরম্মী, কয়াদা পৃক্লিংদা হরাওখিবা! নুংঙাইজখিবা! ঐনা খুদক্তা খঞ্জখি, "ঙসিদি শোয়দনা ঐজ্ঞা তোম্বোইদগী ঐনা পামজবা লাইমচা অসি লৌহৌরনি, মানসু শোয়দনা পীরম্লগনি, অদুনা মানা ঐগীদমক ঐখোয়দা পুবিরক্লবনি।" ৱাখল অসি খন্দুনা থৱায় নুংঙাইনা য়েংজদুনা লৈরিঙৈদা বাবানা মাইখল মচাদু পুরকউ হায়না ইমাদা হায়খিবদগী ইমানা য়েংদৌ ফকচেৎনা শাবা অনানবা মাইখল মচাদু পুথোরক্তুনা গোপাল দেবতা লাইমচাদু খাজিল্লগা থম্বীখি। ঙাইহাক উবা ফংখিদ্রে। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা চাক থোংফমদগী মমাংদা খরা চৎখৎনা লৈবা শঙ্গোয়গী অহাংবা মফমদা ইমানা ঈশিং পুরক্তুনা য়াম্না নান্না, ফনা চাওবা লম মতেক অমা ৱায় তৈথোক্লম্মী। অরাঙফম্না পুথোরকপা লারোন অহুম লোন্ননা ফজনা কোয়না য়াত্তুনা শেম্বা চাকলূক লাদা চাক ভূল তাবা অমা বামোন্না য়াম্না চ্যেকশিন্না শেমদুনা হাপখি। চাক শেল্লিবা বামোন অদু মকোক অমসুং মখাদাং য়াওনা মচিন্দু খুদৈ অঙাং অমনা য়েৎশিন্দুনা খুমজিল্লম্মী। চাকলুক্কী অকোয়বদা লাগী দোনা ময়াম অমা কোয়না থম্লম্মী। দোনাশিং অদুদা বামোন অদুনা থোং-থাক্লিবা য়েনশাং মথেল পূম্নমক শুনা খাবৈনা লৌর-লৌরগা খর খরা হাপচিল্লম্মী, অদুগা চাক্কী ভূল মতুমগী মথক্তা বোরা অমসু খীন্দুনা থম্লম্মী। চাকলূক্কী মমাংদনা ধুপ থাওমৈ থান্দুনসু থম্লম্মী। চাকলূক্কী নাকন্দা ঈশিং হাপ্লবা দোনা অমা হাংনা লৈরম্মী, অদুগা তাঙ্গ্রা অমগী মথক্তা তুলসি মনা খরসু হাপ্তুনা থম্লম্মী। তাঙ্গ্রা অহাংবা খরসু হাংনা

লৈবা উরম্মী। চাকলূক্কী মনাক নক্না লাকোই অহুম লোন্নন হাংনা থম্বদুসু উরম্মী।

অসুম্না চাক থোংবা বামোন অমনা পুম্নমক শেন্বা শাবা লোয়রবা মতুংদা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা " ইবুংঙো লাই লেঙশিনবা য়ারনি" হায়না হায়রকখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ফৈজোম অঙৌবা অমা শেৎলগা মকোক্তা ইনফি অঙৌবা অমা য়েৎশিল্লগা ঐগী লাইমচাদু মাইখল মরুমদগী মখুৎ অনিনা পায়রগা অহাংবা লাকোয় অহুম লোন্নন থল্লিবা মফম অদুদা থাংজিন্দুনা ফমহল্লম্মী। তৌরিবা থৌরাং পুম্নমকসে ঐদি য়াম্না মুন্না খোইদানা য়েংজখি। অদুদগী ঐজ্ঞা তোম্বোইনা শরীক অচৌবা অমা পুথোরক্লগা তাঙ্গ্রা অহাংবা অমদা থম্মী অদুগা মোইবুং মচা পিকত্র অমসু তাঙ্গ্রা অমদা থম্মী; বামোন্না পায়বা খূজাই অদুদা য়াওরিবা ঈশিং অদুনা মোইবুং মচাদুদা খরা হৈজিল্লি অদুগা তুলশিদু মোইবুংদগী ঈশিংদুনা চামথোকলম্মী। মখুৎ ওয়না পায়গদবা শরীক অদুসু মতোন্দা ঈশিং অদু খবা থাদখি, অদুগী মতুংদা খুরু খুদক কুন্দুনা লৈরগা দোনাদা হাপ্লীবা তুলসি মনা য়াওবা ঈশিং অদু লাগী তামি মচা অমনা (লাগী চামচ) কল্লগা খুৎ য়েৎনা ওয়দা পীদুনা, খুৎ ওয়না অমুক য়েৎকী খুবাক্তা খর থাদরগা খুৎ য়েক্তা তারিবা ঈশিং অদু লৈবাক্তা থাদখি, মদুনা অমুক ময়া কাথোক্লগা ঈশিংদু হুঞ্জিনখি। অদুম্না অহুম্লক তৌখি। অদুম্না তৌবসিদা মচীন্দা মন্ত্ররা করিনো খবা মূরুম মূরুম শোনখি। মথংদা, অরাঙফম্না পুশিল্লকপা লৈ চন্দন হাপ্পা লানা মনুংদা থেক কোয়না শেন্বা অচৌবা দোনা অমা লানশিনখি। মদুসু মচিন্দা মন্ত্র মূরুম মূরুম শোন্দুনা লাইমচাদুদা কৎশিন্দুনা লাইদুনসু লৈ-চন্দন লৌহৌরবা মতুংদা বামোন তোম্বোইনা অমুক অরাঙফমদা ইন্থোরক্তুনা তিল্লিবা মীয়ামদুদা মথং-মথং লৈ-চন্দন লৌহনখি। ঐসু ইমানা লৌবিরগা লাইবক কৎলগা লৈদুনা ইনাদা থেৎচিনবিরম্মী। অদুগী

মতুংদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা পাকথরগা মখুৎ য়েৎনা তুলসি মনা খরা পায়রগা চাকলূক মথক্তা থাদখি অদুগা মখুৎ য়েৎকী খুৎশাশিং থেক্তুনা মচীন্দা মুরুম মুরুম খর শোনখি। তুলসি মনাশিংদু য়েনশাং হাপ্লিবা দোনশিংদসু অমমম থাদখিবগুম তৌখি। মতাং অদু চথুদ্রিঙৈদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা বাবাদা “ ইপন, অমুক্তা ভক্তি তৌবিয়ু” হায়রকপদা বাবানা দণ্ডবৎ তৌদুনা থব্রায় চংনা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা খূরুমজখি; ঐসু বাবানা তৌবগুম্না খূরুমজখি।

অদুদগীদি, অশাংবা ফি অঙৌবা অমনা লাইমচাদু য়েংবা উদনবা ইখোয় কোয়শিনখি। খরা লাপ্তুক্লা লৈবা মফমদা পূং য়ৈবা অমা, ঈশৈ শকপা অনিনা, তপ্না তপ্না ফিনা কোয়শিন্দ্রিঙৈদগী হৌদুনা য়াম্না নুংশিনসু ঈশৈ শকপা হৌখি। অর্থ খণ্ডদ্রবসু য়াম্না পূক্লিং চংনা তাবদা নুংঙাইবা পোকখি। ফি মরুমদা বামোন তোম্বোইনা য়াম্না চোকশিন্না শরীক অহুম মরিরক ঙাইহাক ঙাইহাক কান্নরগা খীঙলকখিবা মখোলদু তাখি, খুবাক খুবগী মখোলসু য়াওখি। ঙাইহাক লৈরগা মহাকসু ফিগী মরুমদগী থোরক্তুনা খরা হন্দোকনা লেপ্তুনা লৈরগা ঐঙোন্দা নোক্মি নোক্মি তৌদুনা য়েংলকখি। ঙাইহাক লেপ্লবা মতুংদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা অমুক খুবাক অহুল্লক খুরকখি, অদুগী মতুংদা ফি অঙৌবনা খঞ্জিল্লিবা অদু লৌথোকখি, অদুগা পূং য়ৈবা, ঈশৈ শকপশিংদুসু লেপখি. তোকখি। অদুদগী অমুক ঐনা লাইমচাদু ইমীৎ থিংনা উবা ফংজখি। অদুবু, মহাক্তি মখুৎ য়েৎনা লালূ অঙৌবদু অদুম পায়দুনা লৈরমখি, হান্নদগী ফীভম অমত্তা হোংদনা লৈরম্বদুদা ঐনা ইথন্তদা ঐগী লাইমচাদুবু করিগী ফিনা কোইশিন্দুনা থম্লুরিবনো, করি তৌবগীনো হায়না হংজখি। খনবদা খনফম থোকখিদে। মদুদা ঐহাক্লা ইনাক্তা লৈরিবা ইমাদা হংঙুবদা ইমানা খুম্লকখি, “ তুমিন লৈয়ু, লাই লূক কৎপদা মীনা উদনবা তৌবনি।” ব্রাফমসিদা ঐনা খনখি ঃ লাইনা চাক চাবসিদি মী উহন্দবা ওইরে, অদুবু, হান্না পায়খিবা লালু

অঙৌবসিদি অদুম পায়দুনা লৈরগা চারমগদ্রা নত্রগা ঙাইহাক থল্লগা চারমগদ্রা অসিনচিংবা খঙনীংবা কয়া পূক্লিংদা হংজখি। চপ চানা মতম অদুদা ভাব তাবা ঙমখিদে।

মথং অমুক ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐগী লাইমচাদু মফম হোংদোক্তুনা থম্লবা শেম-শারকখি। হৈরুক ময়াম শেমদুনা শেঙ্গাদা মমায় চোন্না হাপ্পা, লুকমায়দা পানা তাঙ্গ্রা ময়াম হাপ্তুনা থম্বা, ফজ-ফজবা লৈগী মখলশিংনা তোঙান তোঙানবা লাদা হাপ্তুনা লৈতেংদুনা থম্বা, ধুপ, বর্তি, ঘীগী থাওমৈ, লাগী দোনাশিং, তুলসি মনাশিং, লাগী তাঙ্গ্রাশিং ময়াম অমনা লৈতেংদুনা থল্লিবা মফম অদুদা ফজরবা লাগী লাকোয় অহুম্না মরোল নাইনা অচৌ-মচা খায়না হাংনা খরদং লৈতেংলিবশিংদুগী মনীং ওইনা থল্লিবা মফমদুদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐগী লাইমচা গোপাল দেবতাদু থাংজিন্দুনা অমুক থম্বীখি। অদুদগী অমুক, মনাক নক্লা লাদা থল্লিবা লাইগী ফি-রোলশিংদু হোংদোক্লবা হায়দুনা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা হোৎনরকপদা অমুকসু ফি অঙৌবা অশাংবা অমনা (মী অনিনা মচি মচি পায়দুনা) লাই মচা লৈরিবা মফমদু ইকোয় কোয়শিন্দুনা ঙাইহাক থমখি। অদুগী মতুংদা, খুবাক অহুম্লক খুরকপদগী কোয়শিল্লিবা ফিদু লৌথোকখি। মদুদা ঐনা উজখিবা শকফমদুদি ঃ- লাইমচাদুদা কোয়েৎ অঙৌবা মপান মপান্দা অরংবা সনা মচুনা চেনবা, কোয়েৎতুগী মতোন্দা ৱাহোংগী মতোক মান্না ফন্না লৈতেংবা চূড়াগুম তৌবনা থিনগৎলকপা, পীক্তক চেংতক তৌবা, য়েংবদা ফজখ্রবা কোয়েৎ অমনা য়েত্তুনা লৈরম্বা অদুগা মখ্বাংদনা ফৈজোম ফিগে মচা অমা শেৎচিনবা, মঙক্তনা মচু মখল মখলগী লৈ পরেং মচা অমা শিজিল্লম্বা উরকখি। হৌজিক লাইমচাদু হান্নদগী হেন্না ফজরবা শকফম অমদা লৈতেংবীরকখি। ঐগী নুংঙাইজবদু খম থেংখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মনাক্তা লৈরিবা শরীক অচৌবদু মোইবুং

মচাদগী ঈশিংনা শরীক মতোন্দা খরা তাহল্লগা লাই মচাদুগী মমাংদা থল্লিবা অতৈ-অতৈ হৈরুক পুং, পানা লুকমায় ময়ামদু চামথোক্লবা তুলসি মনানা মোইবুংদগী ঈশিংনা চোৎহল্লগা মশাদু অঙ্গন্যষ তৌথোক্লবা মতুংদা মচিন্দা মন্ত্র শোন্দুনা পোৎ পূম্নমক্তু তুলসি মনানা খিক্তোকখি।

মতম অদুদা, নাকন্দা লৈরিবা অরাঙফম ফম্বা নিপা অহল অমনা বর্তি চবুন অদুদা মৈ চুখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মকোক্তা ফি অঙৌবা কুপশিল্লগা খুরু-খুদক কুন্দুনা ঙাইদুনা লৈখি। অচাকপা বর্তি চবুন অদু পুখম নয়াৎপী মচা অমদা লৈখোম অপেৎপা মতুম অমা হাপ্লিবা অদুদা যুংশিল্লগা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা পীশিল্লম্মী। ঐজ্ঞানা অচাকপা বর্তি চবুন অদুগী মখোঙ ময়াদা মোইবুংদগী ঈশিং খর হৈথখি, অদুদগী মখুৎ যেৎকী খুৎশাশিংদু ওয়গী খুৎনা য়েৎকী খুদাং পায়রগা লাইমচাগী ময়া নক্লা মূরুম মূরুম খর শোল্লগা অচাকপা বর্তি চবুন অদু খুৎ য়েৎনা থাঙ্গৎলম্মী, খুৎ ওয়না শরীক অচৌবসু পায়দুনা হৌগৎলগা খীঙবা হৌরকখি। মতম অদুদা পূং য়ৈবা ঈশৈ শকপা হৌরকখি। অকোয়বদা লৈরিবা মী পূম্নমকসু লোয়না হৌগত্তুনা খুবাক খুবা য়াও, মখুৎ থাঙ্গৎপা য়াও তৌদুনা হরাও হরাওনা লাইমচারোমদা লোয়না ওনশিন্দুনা লেপখি। মনাক নক্লা কাংশি য়ৈবা নিপা অমনা তান নাইনা কাং, কাং য়ৈদুনা নুংশিরবা মখোল অমা পূং ঈশৈদুগী মরক্তা থোবকহনখি। মফম অদু ঙাইহাক্তি পূমনীল নীলখি, পূক্লিংদা থুক লাওবা অমা ফাওখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইদি অচাকপা বর্তি চবুনদু পুখম মচাদুদা হাপ্লগা লাইমচাদুগী মমাংদা লেপ্তুনা ওয়না শরীক খীঙনা খীঙনা জগোয় শাবদৌনা কোয়না কোয়না হায় হুমদুনা পূক্লিং চংনা লাইমচারোমদা ওনশিন্দুনা ঙাইহাক কুইনা লৈখি, অদুদগী অমুক অচাকপা বর্তিদু লৈবাক্তা থল্লগা মোইবুংদগী ঈশিং খর লাইমাংদুদা থাদরবা মতুংদা ফি অঙৌবা মচেৎ অমমুক পায়খৎলগা শরীক

খীঙনা খীঙনা লাইমচাদুগী মমায় অকোয়বদুদা অহুম মরিরক হাইরগা শরীক অদু লা তাঙ্গ্রা অমদা থল্লম্মী অদুগা বর্তি অচাকপসু মখুৎনা পায়দুনা শুমাং তান্না কুমথখিদুনা শুমাংদা থারিবা তুলসি মখোং তান্না পরপ-পরপ চৎখিরম্মী। তুলসি মখোঙ ময়াদা মখুৎ ওয়না পায়রকপা মোইবুং মচাদগী ঈশিং খর থাদরম্মী অদুগা বর্তি অচাকপদু তুলসিদা অমুক অনিরক কোয়না হাইরল্লগা অমুক লাইমচা লৈফমদা পুরক্লম্মী, ময়াম্না পাকথদুনা ঙায়দুনা লৈনরিবা মফমদুদা থল্লম্মী। অদুগা বামোন্না মোইবুং মচাদগী ঈশিংদু মখুত্তা হৈদোক্লগা মীয়ামদা চায়শিল্লম্মী, মীয়াম্না লাইমচারোমদা পাকথদুনা খূরুম্ন রম্মী, ঐসু ইমাগা লোয়ননা লাইমচাদু খূরুমখি, ঈশিং মরীক খরসু ইমায়দা চোংঙকপা ফংজখি। অদুদগী অচাকপা বর্তি চবুন্দু লা মপাক অমনা য়োমশিন্দুনা অরাঙফম্না মুখৎলম্মী, অদুগা মীয়ামদুদা মখুৎ অনিনা পায়রগা মুৎখ্রবা বর্তিদুদগী কারকপা মৈখুদা লা অমনা হাইদুনা য়েল্লম্মী, হুমজিল্লম্মী, মীয়াম্না য়াম্না পাম্না লৌশিনবগুম তৌরম্মী।

বর্তি কৎপা লোয়বগী পূং ঈশৈ ঙাইহাক লেপ্লরবা মতুংদা, লৈ অমুক কৎপগী পূং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা অমুক হৌরক্লম্মী। বামোন তোম্বোইনা মকোক্তা য়েৎলিবা ফিদু লৌথোকলগা দোনাদা হাপ্লিবা ঈশিংদু লাগী চামচ অমনা কল্লগা মখুত্তা হাপ্তুনা মখুৎ অনিসু শেংদোক্লবা মতুংদা লৈ হাপ্লিবা য়েন্দাইদগী লৈ খর লৌরগা ঐগী লাইমচাদুদা অহুমলক থাদদুনা কৎশিল্লম্মী, অদুগা খর হন্দোক্লগা অহাংবা মফমদা থোকখ্রগা উপ্রাক্লা উপ্তুনা মমায় অৱাং ওল্লগা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমখি। মদুগী মতুংদা, অপোকপা বাবানা চঙশিল্লগা ঈশিং খরা মখুত্তা লৌরগা চামথোকপগী মওংদা শেংদোক্লগা য়েন্দাইদগী লৈ খর লৌরগা মহাকসু লাইমচা গোপাল দেবদা পূক্লিং চংনা লৈদু কৎখি, অদুগা কপখি। লৈরিবা মীয়াম অদুসু মথং মথং চঙশিন্দুনা লৈ কৎনখি, খূরুম্নখি।

অরোইবদা ঐসু ইমাগা লোয়ননা চঙলগা, অহানবদা ইখুৎ তিংথোকহল্লগা ঈশিং থাবীদুনা খুৎ অনি নোইহল্লগা লৈ খর খুজোক্ত হাপ্লীদুনা ঐগী লাইমচাদুগী মমাংদা থাদৌ, কৎলু তাকপিখি। ঐদি, মতম অদুদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমনা, ঐগীনি খঞ্জরিবা লাইমচাদুগী মনাক্তা য়াম্না নক্লা চঙশিল্লগা ইমীৎ থীৎনা উজবা ফংবা অমদি মঙোন্দা খুৎনা শোকপদৌনা লৈ খুজোক থন্না হাপ্লগা মঙোন্দা নক্লা হৈথজবা ফংজবা অদুনি, অদুগা মদুদা ঐগী অপেনবা হায়বদুমা ওইজখি। ইমানদি - " লাই শোকউনিকো " হায়দুনা তাকপিখি, অদুবু ঐদি থোইনা শোক্তনবা চ্যেকশিল্লুবা তৌখিদে, মনাক হেন্না নক্লা লৈ খুজোক্তু কৎশিনখি। লৈ কৎলবা মতুংদা লাপ্তুক্লা শেন্নদুনা লৈরিবা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐনা তৌরিবা পূন্নমক্তু মুন্না য়েংদুনা লৈরমখিবা জাৎনি। ঐনা নক্লা লাইমচাদুদা উপ্রাক্লা উপ্তুনা খূরুম্বদগী হৌগৎলকপদা ঐজ্ঞারোমদা ওম্থোক্লুবদা ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌদুনা মঙক নোমখি। মতম অদুদা ঐনা খনখি ঃ "ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঙসিদি লাইমচাদু ঐখোয়দা শোয়দনা থনম্লগনি, ঐঙোন্দা শোয়দনা পীরম্লগনি।" মদুগী ব্রাখলদা থাজবা পোকচদুনা ঐহাক্লা নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওজখি।

ময়াম পূন্নমক্লা খুরুম্বা লোয়রবদা লাইমচাসি কদায়দা থম্বগে হায়দুনা মুন্না শেন্নদুনা য়েংবা তাখি। অদুগদি, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মখুৎ অনিনা কোল্লগা চাক-থোংফমগী নাকন্দা মাইখন মচানা খাজিল্লগা লৈবা কাচিনগী মফমদুদা থাংজিন্দুনা থম্বা উখি। মদুদমুক ইতোমতনা খল্লকখি ঃ "ঐজ্ঞা তোম্বোইনা শোয়দনা হোরেল চাক চাবা লোয়রগা ঐঙোন্দা পীরম্লবা হায়দুনা লোৎশিন্দুনা থম্বা ওইরমগনি।" ব্রাফমশিং অসিদা মওল মওল খঞ্জদুনা ঐহাক্লা নুংঙাইবা ঈপাক অমদা তাওদুনা তুমিন্না মচি অমদা ফমদুনা তৌরিবা লাংলিবা ময়াম অদু য়েংশিন্নবা শাদুনা লৈজখি। চাক চাননবা চাকলূকলা

থাদুনা চাক য়েনশাং য়েনবা লোইরকপদা ইমানা ঐবু থিরক্তুনা ময়াম্মা চাক চাবা চঙনরকপদা ঐসু য়াওদুনা ইমাগা ঐগা চাক চামিন্নখি। মরক-মরক্তা ঐনা লাইমচাদু লৈরিব্রা হায়দুনা হৌগত্তুনা য়েংগে তৌবদা ইমানা " মাঁই, তৌহৈদে, হৌগৎপা য়াদে," হায়দুনা হৌগৎহল্লমখিদে। লাইমচাদু লৈরিবরা লৈত্রবরা হায়বদু চাক চারিঙৈদা মুন্না খঙবা ঙমখিদে। চাক চানবদু হেক লোইরকপদা ইমানা খুৎ-শা হামদোক্লবা ঈশিং খূজাই মচা অমা পীরম্মী, ঐনা খূজাই মচাদু পায়দুনা হৌগৎলকপদা লাইমচাদু থল্লিবা মফমদুদা য়েংশিনখিবদা মীয়াম হৌগৎনরকপদুনা লুমশিনখিদুনা ঙাইহাক উবা ফংখিদে। অদুদগী ঐনা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরবা মতুংদা অমুক য়েংথোকখিবদা মাইখন্না কোইশিন্দুনা অদুম লৈরিবদো উরকপা ফংজখি। ঐনা খনখি ঃ " য়ে! লৈরিকো, পুথোকখিদ্রি।" নুংঙাইজবা ফাওজখি। শঙ্গোয়গী নাকন্দা খুৎ-শা হামদোক্লরগা থুনা লাক্তুনা লাইমচাদুবু অমুক য়েংবা ফংজখি। মাইখন মচা অমনা কোইশিন্দুনা থল্লিবা লাইমচাদু কদোমদা পুথোকখিগদগে হায়দুনা ঐনা শেন্নদুনা লৈবা পামখি।

ইরাপ লাপ্তুনা ঐনা শেন্নদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈবদু ঐজ্ঞা তোম্বোইনা খঙবা ঙমখি অমসুং মানা ঐঙোন্দা ৱাফম খর হায়নীংবগী মওংসু ঐগী ৱাখলনা উবা ফংখি। ঐসু মাগা ৱারী শাবা,হংনীংবা খর পোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মানা ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকখিঃ " ইবুংঙো ইবোচৌবী ! নঙগী লাইমচানি, কনানসু পুররোই, হোরেল ঐখোয়না চাক তোক্লগা নখোয়দা অসুম থনম্লগদবনি, নঙগী ওইহৌরগদবনি, য়াম্না লুনা-চান্না তৌবিয়ুকো ! নুমিৎ খুদিংগী চাক-য়েনশাং অহাওবা পিজৌকো ! " মদু হায়রকপদা ঐনা কয়া হরাওজখিবা ! "ঐজ্ঞা ! শোয়দনা পীবিরোকো ঙসিদি, ঐ লোন্না মাগী থমফম শেম্মুরগেকো," হায়বা ৱাহৈশিং অসি হায়রম্লগা ঐনা

থুনমক ইমুংদা চঙদুনা কদায়দা থমশিগে খঞ্জরম্মী। ঐখোয়গী য়ুমজাওসিগী কাশিংসিদি লোইনা কনশিন্নদুনা থম্নখিরম্মী, অহাংবা কা অমত্তা লৈখিদ্রে, অদুবু, য়ুমগী মাঙ্গোলসিদি হাংদুনা লৈরি, অদুগা, মাঙ্গোলসিগী কাচিন অমদি অচৌবা টেবল অমগা চৌক্রি অমখক্কা খিন্দুনা লৈরি। ঐনা ইতোমতা অসুম খনবদা টেবল অচৌবসিগী মখাদা খাজিল্লগা থম্লগে, মথক্তনা লাইরিক থমগে,মমাংদনা ফক থারগা লাইরিক ঔরাইগে হায়না পূক্লিংনা লেপ্লম্মী।

অঙাং ওইবগী ৱাখলদা মথং মথং ভাবনা শাগত্তুনা টেবল অদু অথুপফিনা কোইশিন্নবা হোৎনরম্মী। মতম অদুদা, য়ুমথোং খুদিংদা লশিংনা লং নাইরগা শাবা অথুপফি য়াম্না শিজিন্নরম্মী। ফি অসি য়াম্না শাংনা শাই, খুদৈমুক পাকপা অশাংবা অনি ময়ায়দা তাইশিন্নরগা অনিরক থুপচিন্দুনা ইন্ননবা শেম্বা ফি অশাংবা মখল অমনি। অনিরক থুপচিনবা অসি তিংথোকপদদি য়াম্না শাংবা লশিংগী ইনফি অমনি। হৌজিক্কী মতমসিদদি অসিগুম্বা মখলগী ইনফি অসি অমত্তা শিজিন্নদ্রে। অসিগুম্বা ফিসি চীংদগী পুরকপা লশিংনা লং নাইরগা য়োংখমদা শাবা ইনফি অসিদি নিংথমথাদা মৈতৈ অহলশিংনা য়াম্না মরাং কায়না শিজিন্নরম্মী, উরৈরোম্না শংলগসু ইন্নরম্মী। অথুপফিনা টেবল অচৌবদুদা কোয়শিন্দুনা থম্বদু ইমানা উরদুনা “ করি তৌনবনো ? করিগীনো?” হায়দুনা হংলক্লম্মী। ঐনা খুমখি ঃ “ ইমা! ঐগী লাইমচা থম্ন বনি, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঙসিদি ঐগী লাইমচা পীবিরম্লগে হায়রে, অদুনা তোঙান্না মসিদা ফিনা কোয়শিল্লগা থম্লগেদনা হোৎনরিবা।” “হোই, হোই তৌ, তৌ, বামোন তোম্বোইনা নঙোন্দা লাইমচা পীনি হায়রকইবা, ইচাসিদি, মরাইনা পীজরক্কনি”। ৱাহৈশিং অসি হায়রম্লগা মীয়ামগী সেবাদা কোয়চেন চেন্না চৎখি। মদুদসু ঐনা কয়াদা নুংঙাইজবা ফাওখিবা। “ ইমানসু মরাইনা পীজরক্কনি হায়রম্বা, শোয়ররোই, ঙসিদি ঐগী পামজরুবা লাইমচাদু শোয়দনা

ফংজদুনা লৈমিন্নরগনি, মাগা লোয়ননা শান্নমিন্নরগনি” হায়না ঐনা খঞ্জখি। ঐহাক্না অদুম্না খল্লগা লাইগী মূর্তি অদুদগী ঐগী অহিংবা লাইমচা থোরক্কুনা ঐগা যাম্না নুংঙাইনা ভাবনা শান্নমিন্নখি।

# লাইমচা পুখিবা

ঐনা লাইমচাদু থম্লনবা মফমসি, ব্রাখল নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা শেম-শারিঙৈদা বামোন তোম্বোইনা চাক চারবা মতুংদা থুনা য়াংনা ঐখোয়গী মমাং পৃখ্রিদা ইরুজরগা ঐগী লাইমচা অদু মখোয়গী লাইশঙ তান্না পুখিনবা থোঙ্গাললোমদা থোরকপদা কাংশি মখোল কাং কাং অনিরকখক য়ৈবা তারকপদগী মাঙ্গোল কাচিন্দা লাইমচাগী লৈফম শেল্লিবা ঐনা ফুক হৌগত্তুনা পরপ-পরপ থোক্তুনা য়েংবদা ঐজ্ঞাদো খর লাপ্না চংখিবা উরম্মী। শঙ্গোয়রোমদা য়েংবদা মাইখল থুপচিল্লম্লে, লাইমচাদু পুখ্রে খঙলে। নীংবা কায়না ঐনা মাঙ্গোলদগী " হো ঐজ্ঞা ! হো ঐজ্ঞা ! ঐগী লাইমচাদু পীরম্মো, থম্বীরম্মো, মাগী লৈফম শেম্বা লোইরে, পুখ্রগনো, ঐগীনি হায়বদায় ! " হায়দুনা ঐনা কন্না লাওজখিরম্মী। বামোন তোম্বোইদু তাদ্রমাল্লে খন্দুনা, ঐনা থোঙ্গাললোমদা পরপ-পরপ থোক্তুনা তান্নবদা বামোন তোম্বোইনা ওয়গী খুৎনা ফিনা য়োমশিল্লগা লাইমচাদু কোল্লগা খুৎ য়েৎনা কাংশি মচাদু য়ৈদুনা পুরিবদো শোয়দনা ঐগী লাইমচাদুনি হায়বা খঙবা ঙমখি। খর নক্লা চঙশিল্লক্লগা "ঐজ্ঞা ! ঐগী লাইমচাদু থম্বীরম্মু", হায়গে হেক তৌবদা ঐজ্ঞা তোম্বোইদু খঙলবা মাল্লে, " লৈরম্মু, ঐ অমুক পুরক্কে " হায়বগী ঈঙ্গিৎ অমা ঐঙোন্দা তৌরম্মী, ব্রাদি শুকঙাং ঙাঙখিদে, মমীত্তা য়েংলগা কাংশি পায়বা মখুত্তুনা হাইরগা অমুক লাক্কে হায়বগী ঈঙ্গিৎতমক তৌরম্মী। মদুদা

ইমানা ঐবু তান্নরগা ফারম্মী। "ইবুংঙো চৎখিনু, বামোন্না অমুক পুরক্কনি, য়েংঙউ ! মখুৎনা খৎলকইবসে, লাকও মরাইনা অমুক পুজরক্কনি। হায় ! য়েংঙোই, লাইমচা অসিগী মতুংইন্দুনা ফত্তবা লাইয়াম কয়া চৎলি, ইন্নে হায়বনি, অদুনা লাইয়ামদো ওক্করবদি নাগল্লি, য়েক্কল্লি হায়বনি, লাকও য়ুমদা চংলসি" হায়দুনা ঐবু ইমানা থেমজিনবীখি। ব্রাসি তাবদা ঐসু পূক্লিংদা চিংনবা অমদি ফাওই, অদুবু য়াম্না হেন্না থুক লাওবদি ফাওখিদে। ইমানা হায়বদগী মখা তানা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা অমুক তান্নদুনা লাইমচা থনম্মু হায়বা ঙমখিদে। ইমানা ঐবু খুৎ পায়দুনা য়ুমলোমদা থোঙ্গালদগী চিংশিল্লমই, ঐসু ইমানা হায়বা য়াদবা ঙমখিদে। অদুবু, ঐগী নীংবা কায়বদি অদুম লৈরমখি। য়ুমলোমদা চঙলক্লগা ঐনা অথুপফিনা কোয়শিন্দুনা ঐগী লাইমচা থমফম শেমখিবদু য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্না-কপ্না শিদোকখি। পূক্লিংদা তয়াং তশোয়বা ফাওরকখি, ঐগী লাইমচাদু লৈরম্লগা চৎখিবদৌনা পূক্লিংদা নুংঙাইতবনা পূমথন থনখি। অমুকসু খল্লকখি ঃ ঐজ্ঞা তোম্বোইসি য়াম্না ফত্তে, ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙাঙই, মানা লাইমচা পীনি পীনি হায়রগা ঐঙোন্দা তৌশিন্নে, অদুগা লাইমচা পুর-পুরগা মাদি অচা-অথক, অথুম-অহাও য়াম্না ফংই, চাকসু চাবা ফংই, পৈশাসু য়াম্না ফংই, ঐঙোন্দদি শুকপী পীনিংদবজাৎনি, ঐসু মাগী লাইমচাসি হুরাল্লগা ঐগী অশেংবা লাইমচা ওইরগে খল্লক্লমই। অসুম তৌনা নুমিত্তো, অহানবদদি নুংঙাইহল্লম্লগা, মমৈথংদা ইনুং-নুংঙাইতনা লেল্লম্মী। অদুবু, নোংমদি লাইমচাদু ঐগী শোয়দনা ওইগনি খঞ্জদুনা নুংঙাইবা মংলান অমা শাগত্তুনা নুংঙাইতবশিংদু নাথৈদুনা থমখিরম্মী।

# শ্রাদ্ধ য়েথোকখিবা

ঐগী ইশাগী চহিনা মাপল তরারোম শুরকপা অদুৱাইদা শ্রাদ্ধ শোন্নবগী লাইমচা গোপাল দেবতা অমা লাইনুংদগী লৌথোকপা য়াবা য়াদবগী মরমদা য়েৎনবদগী চাওরবা ৱাথোক অমখক " হাওখা মনিং লৈকাই খুন্দা" থোকখি। অঙকপা থৌদোক অমা ওইখি হায়বা য়াই। নুমিৎ অদুদি চপ চানা নীংশিংবা ঙমদ্রে। নুমিৎ অদুদা লিশম লৈবাকচাও কৌবা নিপা অমগী মচানিপা অমা লৈখিদবগী শ্রাদ্ধ দিন থোকখি। শ্রাদ্ধ শোনবদা লাই লেঙশিন্দুনা ভেট কৎননবা লাইমচা ফজবা অমা খুন অদুদা লৈবা বামোন বীরচন্দ্র শর্ম্মনা সেবা তৌদুনা লাৎহল্লিবা লাইশঙদগী পুননবা লৌবা লাকপদা " লাই পুবা য়ারোই, নখোয়গী লাই নত্তে, ঐখোয়গী লাইনি, ঐখোয়না লাৎচবনি" হায়দুনা পাংঙম্বমগী অহল অমনা মখোয়না কৎপা মন্দিরদা লৈরিবা লাই অমত্তা পুবা য়ারোই থিংখি। মদুদা লিশমগী অহলশিংনা " লাইদি পূম্নমক্কীনি, খুনগী ওইনা লাৎপা লাইনি, নখোয়খক্তগী নত্তে" হায়দুনা নমদুনা বামোন্না পুহন্নবা হোৎনবদা পাংঙম্বমগী মীশিংগা খুনগী মীয়ামগা ফুগায়নদুনা অকনবা লাল মচা অমা থোক্লখি। মদুদা পাংঙম্বমগী অহল খর অশোক অপন য়াওনখি। খুনগী নুপী অঙাংশিংসু থোরক্তুনা পাংঙম্বমবু কন্না নিন্দা তৌনখি। নুমিত্তুদা পাংঙম্বমগী অহল অমা মীয়াম্না খুরুম লংবদা পান্দুনা পীশুম কায়খি, ঈ থোকখি, পাংঙম্বম কাংবুশিং চেল্লগা লোত্তুনা খাঙনখি। মখোয়না থানাদা

" থাংনা য়ান্দুনা তান্নবিরে খুন্না" হায়দুনা কেস পানখত্তুনা মীফা-মীপুন কয়াসু চৎথনখি, লাইমচাদু মন্দিরদগী পুথোকহনখিদে, শ্রাদ্ধ শোনবা য়েথোকখি। কেসকা মরী লৈননা খুনগী অহল-লমনশিং ফান-পুন্নদুনা লোক্কপ্পা, জেলদা লৈনবা য়াওনখি।

মখোয়শিং অদুগী মনুংদা জেলদা লৈবা য়াওনখিবা খর নীংশিংবদা লিশম অঙাংজাও, লিশম তোলমু পাঞ্জি, খুমুজম ইবোহল, হুইদ্রোম চাওবা অসিনচিংবা খুনগী লুচিংবা খরসিখক খঙহৌই। মদুদগী খোইশাউনরবা অহলশিং অসিগী মচা মশুশিংনা খুন অপূন্বা হৌদুনা পাংঙম্বমগা কন্না কেস শোক্লখি অমদি পাংঙম্বমবু খুন্না ইন্থোক্তুনা মতম কুইনা চঙনদনা লৈনখি। ব্রাফম অসিগী হৌরকফমদি শাংলবা ব্রারী অমা লৈরম্মী। মরুওইবা ব্রাফমদি - লাইগী মন্দিরদি পাংঙম্বমনা কৎপনি, শাবনি, মন্দিরগী লম অমদি অকোয়বা ইংখোলনা শুথাং ধারা থমজরমদ্রবা খুমুজমগী অহল ওইরবা মতৈ-মনাও তোলেন (ফাইবোকপা হায়নসু খঙনবা) অমসুং ঙৌনু অনিনা খুনগীদমক্তা কৎচরম্বনি হায়বা অমা, অদুগা অমনা পাংঙম্বমনা শেল পীদুনা অহল অনিসিদগী লৈজহৌবনি, খুন্দা কৎলম্বা নত্তে হায়বা অমা, অনিসিগী অচুম-অরান, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম য়েৎনবা লৈবদগী চৎথরকপা কেস অমদগী খুনগা পাংঙম্বমগা য়ানরকখিদবনি। অমবু ওইরো, অমবু ওইরো লাইদি ময়ামগীনি, লাই লৌরগা ঈরাৎ-পূজা তৌনরিবা ঙাক্তনি, মদুদা মীগী শ্রাদ্ধ থুগায়বসিদি মীয়াম্না য়াম্না পেন্নখিদে। মতাং অদুদা, ব্রাফম অদু তাবদা, অঙাং ওইরিবা ঐনা খঞ্জখিবদি ঃ ঐনা পামজখিবা লাইমচা ফজবদুগুম্বদু মন্দির লৈরিবা অদুদগী লৌননবা, মুন্নবগী খৎনবা মাল্লি হায়না ব্রাহন্থোকখি। পূক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতবা, নুংনাংবা অমা ফাওখি।

নোংমা নুমিৎ অমসু হাওখা মনিং খুনগী ইমা-ইবেনশিংনা নুপী পালা লিংখত্তুনা লাইশিংগী থৌগল তৌনরম্বা, ঝুলোন হৈবা, কাংচিংবা, বাশক ফাংনবা, জয়দেব চোংবা, গৌরী শকপনচিংবা কয়া অমা খুনগী মীয়াম্না শাবা, ইনা কুপ্পা অচৌবা মাগুবতা পাংথোকলম্বশিংদু পাংঙম্বমগী নুপী খরগা খুনগী নুপী অহল ময়াম অমগা খৎন-চৈনবা থোক্তুনা নুপী পালা ফজনা লিংখৎলম্বা নুপীশিংগী অপুনবা শক্তম শাগত্তুনা লীংজেল মান্ননা ঈশ্বরগী নাম পূন্না শোনমিন্নরম্বদুসু কায়খি, থুগায়খি। মদুগী মতুংদা অমুক হন্না নুপীশিংগী অপূনবা শক্তম খুন্দুদা শাগৎপা ঙমখিদ্রে। মদুদসু অঙাং ওইনা য়াম্না নুংঙাইজদবা ফাওখি। মদুগী মতুং তারকপদা, হৌজিক ফাওবদা খুন অসিগী নিপা নুপীশিংগী তোখায় তোখায় তানবা শক্তমদু অদুম উবা ফংলি।

খুন অসিদা অতৈ খুনগুম্না খুনবান লৈপানবগী, লাই-তিনগী, অজা-পূজাগী মরীদা খুন অপূনবগী শক্তম, গৌর শমপ্রাদায়গী ওইবা মওংদি অমত্তা লৈরক্তবা মতম কুইশিল্লক্লবনি হায়বা য়াই। গৌর ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুগী চৎনবী, খুনবান লৈপানবগী পূন্না হোৎনমিন্নদুনা কাং চিংবা, পালি পুনবা, নিংঙোল পালি পাঙথোকপা, খুনগী অহল-লমনশিং, নুপী অঙাংশিংগী ৱাবী লাইরিক তাবা, ঝুলোন হৈবা, শিদ্ধা থিনবা, অসিনচিংবা থৌরম কয়া অমদি লাইগী মরী লৈনবা হরাও কুম্মৈশিং অচৌবা মাগুব শাদুনা খুন অপূনবগী ওইনা লীঙজেল মান্ননা পাংথোক্লম্বা পূম্নমক্তো খুনসিদা উরক্তবা মতম কুইরক্লবনি। পূম্নমকসি খল্লুরগা, অতৈ খুনশিংদা তৌনরিবশিং অদু উরুবদা কল্লক্তবা ঙমখিদে। মতাং অসিদা পন্নীংবা ৱাফম অমনা খুনসিগী ওইনা লাইগী সেবা চৎচরম্বা, খুন্না কৌশিন্দুনা থমখিবা শ্রীঅধিকারিময়ুম বীরচন্দ শর্ম্মনা খুনগী অমদি পাংঙম্বমগী মরক্তা লৈদুনা অৱাবা কোঙ্গায় খাঙদুনা মতম কুইনা মীৱা তাদুনা নীংবা কায়না লৈরম্লগা ইখঙ খঙহৌদনা

নুংঙাইবা শরুক অমত্তা ফংখিদবমখৈ পূন্সি মতোম লোমখিবা, মীয়াম্না পেন্নখিদে, মাগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওনখি। পূন্নমকসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা তশেংনা খঙহৌবা অমদি তাহৌবা, উহৌবা, থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি। ঐনা খনখি ঃ “লাইগী মপু ওইননবা তান্নবদা খৎন-চৈনবা, ৱাথোক-লান্থোক ময়ামসি থোকলিবনিকো ! ” অদুদি, ঐগী পামজরিবা লাইমচা অদুসু ঐগী ওইননবা হোৎনবদা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরগদরা হায়বা ৱাহং অমা পূক্লিংদা ফাওরকখি অমসুং খর খন্থরগা অমুকসু অকিবা অমা পোল্লকখি। অদুবু, ঐনা পামজবা লাইমচাদুদি শোয়দনা ঐগী ওইগনি খঞ্জখি। মরমদি লাইমচাগী ৱারীদু ঐহাক্না শুক্কাউ কাউথোকপা ঙমখিদে।

# লাই হুরানখিবা

মতম খর লৈরগা, অয়ুক অঙনবা অমদা "বামোন নিংথেমগী লাই হুরানখ্রে" হায়দুনা ৱা ৱা লাওনা ঙাংনরকপা তারম্মী। হুরানলিবা কাংবুদুদি থৌবাল অৱাং লৈকাইগী কাঙবুননি, অহিং নোংঙাল্লমদাইদা হুখিবনি হায়দুনা মী অমনা অমদা অসুম-অসুম পাওদম্নরকখি। ৱাফমদু হেক তাবদা ঐনা য়াম্না থৱায় নুংঙাইতনা লূকথদুনা খনখি ঃ " ঐঙোন্দা পীগনি হায়বা লাইমচাদু শোয়দনা ওইরম্লগনি, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মচীন থীদুনা লৈরিঙৈদা মীনা হুখিবনা হাল্লে, ঐদি ফংলরোইদো, ঐগী লাইনি হায়না খঞ্জদুনা লৈরগা হুরানবিখ্রবোইরে, ওঃ ওন্থোকপনিদা ! " ঐজ্ঞা তোম্বোইবু পূক্লিংদা য়াম্না ৱারৌরমই।

মতম অদুদা মেরা থাগী মনুংদা লাই হুরান্নবগী থবক তৌবসি মহয় চাওনা ফংনৈ হায়দুনা য়াম্না তোয়না হুরান্নরমই। লাই হুরানবগী থবক অসিসু বামোন নেক্তুনা শেন্নহল্লগা মফম হোংদোক হোংজিন তৌনবগী ৱা ওইরম্মী। হুরাল্লগা পুরুবা লাইদু অনৌবা ফিজোলশিং অমুক হোংদোকপিরগা অথেনপোৎ চাওনা লাংদুনা বজাই বেঙ্গুল খোংদুনা, শেনবুং কাংশি য়ৈদুনা পূং ঈশৈগা লোয়ননা দোলাইদা হাপ্তুনা অমুক হান্নগী লাইশঙদা থিনবিরক্লম্মী। মদুদা অচৌবা কুম্মৈ অমা শাগৎনরম্মী। থবকশিং অসি

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈশিংনা শীন্দুনা চলায়বা হরাও-নুংঙাইনবা লাইগী কুম্মৈ ওইরম্মী। মদু মরুওইনা গৌর ধর্ম্ম চৎপা, গৌরসম্প্রাদায়গী কাঙবুশিংতনা তৌবা পাম্বা চৎনবী অমসু ওইরম্মী। নুমিদাং ৱাইরমগী থ্বান আর্তি কৎপা, গৌরী শকপা, নোংঙাল্লমদাগী মঙ্গ্রার্তি হৌবা অসিনচিংবসি হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা, গৌরসম্প্রাদায়দা য়াওজবা কাঙবুতনা থৱায় য়াওনা নিতিগী সেবা চৎনবা হোৎনজরম্মী।

লাই হুরানখিবগী থৌদোকসিদা ঐনা থৱায় য়াওনা পাও লৌগদবগী ঙায়দুনা লৈরম্মী। মথংগী নুমিত্তা নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদা পুং-শেন, বজাই-বেঙ্গুল, কাংশি, মোইবুংনচিংবা য়ৈবা খোঙবগী মখোলশিংনা পুমনীল নীল্লবা খোঞ্জেল অমা অরাপ্পদগী নুংশিনা তাবা ফংজখি। করিনো করিনো হংনরকপদা ঙরাং হুরানখিবা লাইদু থিল্লকপনিয়ে হায়দুনা য়েংবা চৎনবা হৌনরকখি। ইমুং অমদা লৈরম্বা মীশিং অয়াম্বনা থোক্লদুনা য়েংবা চৎনখিরম্মী। ঐসু ইমাদা হায়রম্লগা থুনা য়াংনা চেন্দুনা মমাং লম্পাক্তা মীয়াম তিন্দুনা লাই থিল্লকপা য়েংগদবগী পৈদুনা লৈরম্বা মফমদুদা য়ৌরকখি। খর লাপ্পদগী পরেং শানা সড়োক লময়াংদা মী ময়াম অমা মরী মরী চঙশিল্লকপা উরম্মী, মকোক ওইরপ্পা অঙৌবা ফিনা কুপ্পা ময়ামদগী হেন্না তোংখৎপা ৱাংখৎপা অচৌবা পোৎয়োম অমসু থাঙ্গত্তুনা পুবকপা উরম্মী, অদুদগী য়াম্না ৱাংবা শাটিনগী মওং মানবা ফি অঙৌবগী চোং অমসু ওয়গী নাকন্দা থাঙ্গত্তুনা চৎপা উরকখি। সোড়োক লমশাং অদুদা অতৎপা নাইদনা পুং-ঝাল, শেনবুং, বজাই-বেঙ্গুল, কাংশি, মরক-মরক্তা মোইবুংগী মখোল পুম্নমক্না তিন্দুনা শেম্বা, ওন্থোকপা মখোল অমা নকশিন নকশিন্না তারক্লম্মী। খর খর নকশিন্না চঙশিল্লকপদা ফজনা ময়েক শেংনা তৌরক্লিবা ঝঞ্জ খুদিংমক উবা ফংলকখি। পরেং পরেং লাক্লিবা মীয়ামদুগী মমাংদা পুং য়ৈবা, ঈশৈ

শকপা, নমথাং খুদৈনা কোয়েৎ য়েৎপা মীশক মঙানা মাং ইথা-থারম্মী, মতুংদা মোইবুং খোংবা, শেনবুংয়ৈবা, কাংশি খীঙবা মীশিংনা তুংইল্লম্মী। মথংদা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা মীশক মরিনা ফৈজোম তাখৎলগা শেৎপা নীংথিজনা শেম-শারবা ফিঙৌনা তেপ-চপ্তুনা কুপশিনবা, নাকন-য়েৎলোমদা শানারৈ অথোনবগী লৈ পরেংশিংনা কারন লাক্তুনা ফজনা শেন্বা, মায়থোং অমখক্তমক ফাৎপা, মমায়দুসু শনারৈ অথোনবা অচৌবশিংগী লৈপরেংশিংনা কোয়রপ কোয়রপ কোয়শিন্দুনা, মকা লাম্বা সনা-মচু মানবা লৈগী মতিক মগুণ ফজবদু উথোকচবা, দোলাইগীসু লৈতেং ওইহনবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা দোলাই অমা, অৱাবা মায়থোং য়াওদনা মকা লাম্না হরাওনা, নুংঙাইনা লেংথোংদা হায়গত্তুনা পুরম্মী। দোলাইগী হেক মমাংমক্তদা লৈশাবী মচা পুঙৌফি শেৎপী অনিনা দোলাইগী য়েৎ ওয়দা য়েংদৌদা তেপ শারগা হাপ্পা কেগামদা ধুবকী মৈখু ৱা-ৱা কাহন্দুনা পুরগা চৎলম্মী। দোলাইগী নাকন য়েৎলোমদা ইনফি অঙৌবনা মকোক খুমজিন্দুনা বামোন অনি অমসু দোলাই শেন্নদুনা চৎলম্মী। দোলাইদুগী হেক মথংদা বেন্দ পার্টি অমনা, রাগ য়াওনা, মোন্দা নুংঙাইনা বেন্দ খোংদুনা, তোল য়ৈদুনা তান্থা চানা হরাওনা লাইগী থৌগল তৌদুনা তুংইন্নরম্মী। মথংদা অহল-লমনশিং খরসু ইন্নরম্মী, অদুগী মথংদা অথেনপোৎ হাপ্পা শেঙ্গা পরেং, অথুম অহাও য়াওবা ফিঙারুক পরেং পরেং ইন্নরকপদু উরম্মী। অৱাং লৈকাইগী মশক ফজবী লৈশাবীশিং, মৌ নহাশিংনা মাগী মাগী লৈজবা, অরুবা অনানবা, ময়েক নাইবা ফনেকশিং, অঙৌবা লৈরোং হকপা, মমল য়াম্ল-য়াম্লবা মৈতৈ লৈবাক্কী চৎনবী ইনফিশিং, অরৈবরা খঙদে, অৱায়বরা খঙদে, ফজ-ফজরবা নাদা য়াস্থবা সনাগী লৈশিং, ঙকশমদা শিরিবা সনাগী মরোঙ মরোঙ লোঙবা লীকশিং, ফজ-ফজনা রাশি লৈনা সিরি হাপ্তুনা থিনবা চন্দোনশিং, খুৎশাশিংদা শিরিবা সনাগী মখল মখলগী খুদোপশিং,

মখ্বাংশিংদুনা চেংতপ পীতক তৌবা ঙাক্তা, কুচু কুমেন্না পাল্লিবা, লৈশাবীনা ফনেক খোইখা শেৎ, মৌ নহাশিংনা ফনেক চিংখ্বৎলগা শেৎ, মৌনি লৈশাবীনি ফজনা খেৎনবা খঙহনবা, কয়াদা ফজখ্রবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা, মৈতৈগী অশেংবা নুপীশিংনি। মখোযশিং অদুনা লমশাং চৎলকপগী অৱাবা লৈতনা নোক্মি নোক্মি তৌদুনা, লাইগী থৌগল চৎলিবনি হায়বগী ৱাখলদা, বেন্দ খোংবগী তান্থাদা নোম-নোম লাকপদি লাইরেন মতুংদা মখল মখাগী ঙায়াম্না পরেং পরেং ইন্নবগুমইদা! ওন্থোক্লা ফজনা উখি, য়েংবগী পেনবা নাইখিদে। মদুগুম্বা থৌদোক্তু ঐগী পূন্সিদা অহানবা ওইনা উখিবনি। অনকপদা অরাপ্পদা লৈরিবা মীশিংদুদা পূং, ঝাল, মোইবুং, শেনবুং, কাংশি অমদি বেন্দ পার্টিগী অপুনবা খোঞ্জেলনা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক্কী খোঞ্জেল অমগুম্না অতিয়াসি পূমনীল নীনবগুম থোকহনখি, অমসুং অতাবা, অউবা মীপূম খুদিংমক্তা শুম্মৎনীংঙাইগী মচাক ওইহনখি, তুচুংবা পোকহনখি। লম্বী চৎপশিংনসু হায়নরুবা লৈতনা মতোম মতোমতা লেপ্ল দুনা পূক্লিং চঙনা য়েংজখি অমসুং মখুৎ লোন্নদুনা দোলাইরোমদা মীয়েংথমদুনা লাপ্লপ-লাপ্লপ্পা খূরুম্নরম্মী। অরাপ্পদা লাইগী দোলাইগা লোইননা লাক্লিবা মীয়ামগী পরেং অদুবু ওক্লবা হায়দুনা খুঞ্জাগী অরৈবা মীশিং থোক্তুনা অঙাংনুবী চিথদনা পাবুং নিংথেমগী থোঙ্গাল মপাদা লৈরিবা লম্পাক মচাদুদা পৈররিবা মীয়ামশিং অদু য়েংবদা অকিবা অমা পোকখি। ককচেং মচা শঙ্গুনা মরুম অঙৌবা মচা মচা পুদুনা পূল্লপ পূল্লপ তাশিন্দুনা লৈবগুম ফিঙৌ শেত্তুনা মরেং মরেং চত্তুনা পূল্লপ কোইশিন্দুনা লৈনখিদো। য়েংবদা তু চুংবা পোকখি, অমত্তা চাইথোক্তুনা লৈনখিদে।

লাই পুবা দোলাইগা লোয়ননা লাক্লিবা মীয়ামগী পরেংনা মথং-মথং য়ৌশিল্লক্লবদা ঐগী পূক্লিংদা লাংতক্লবা অমা ফাওরকখি। মদুদি করিসু

ওইরমখিদে, ঐনা পামজবা লাইমচাদু য়াওরকপরা, য়াওরক্তবরা হায়বদুখক য়েংনীংবা খঙনীংবগী ঈথিল ওইরম্মী। মীয়াম্না লাই পুরকপা থিল্লকপগী মরেং মরেং চত্তুনা ঙাইদুনা লৈবগী মরক্তগী খর চথোরক্লা অমদি মতায় ওইরপ্লা য়াওদুনা লৈরিবা ঐনা অতৈ অমত্তা থৌওইনা খন্দনা দোলাইরোমদতা ঙক থাংগত্তুনা য়েংদুনা লৈখি; অদুবু, অঙাং ওইবগী নেম্বনা পীকপনা মরম ওইদুনা শুকউ-উবা ফংখিদে, দোলাই মনুংদা করি য়াওরিবনো হায়বদু খঙবা ঙমখিদে। অদুনা, পূক্নিংদদি তয়াং তশোয়বা অমদি ফাওরকখি। দোলাইদু মীয়াম তিন্দুনা লৈরিবা মফমদুদা থাবা তৌদনা বামোন নিংথেমগী মাগুব তান্না তপ্না তপ্না মোং-হাদনা পুশিনখিরম্মী। ঐসু মীয়াম মরক্তা চিৎ চিৎ লিৎশিন্দুনা দোলাই থাফম মাগুব ময়াদা য়ৌনবা কন্না হোৎনজখি। বামোনগী থোঙ্গালদা দিউয়ুতি ওক্লগা দোলাইদু মাগুব তান্না পুশিল্লকখি। দোলাই থাফমদুদা দোলাই পুবা মীশিংনা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈবদু ঐনসু উবা ফংখি। পাবুং নিংথেমনা লা মচেৎ মরি পুথোরক্লগা দোলাইগী মখোঙ মরিগী থাফম মপাদা থম্লগা মমায় মখা মায়কৈ ওলহল্লগা লাইগী দোলাইদো থাহনখি। পুরক্লিবা অথেনপোৎশিংদুসু দোলাইগী মমাং ওইরপ্না খর হাংহল্লগা পূম্নমক থাহল্লম্মী; অদুগা পোৎ পুবীশিং খুদিংমক্লা লাইরোমদা (দোলাইরোমদা) ওনশিল্লগা খূরুম্ন রম্মী। খুরুম্নবা লোইরগা মাগুব মনুংদা ময়ামগী ফম্নবা থারবা ফিদাশিংদা চঙখিরম্মী।

মতম অসিদা ঐনা দোলাই মনুংদা লেঙশিল্লিবা লাইদুবু য়েংনীংমনবদগী ময়াম্না পাকথদুনা খূরুম্নরিবা অদুগুম্না ঐসু লাই খূরুম্নবগী শেম শারম্মী। অদুবু, অহলশিং কিবদগী মনাক চঙদুনা পাক হেক খূরুম্বা ঙম্লমখিদে। ঐগী মতৌদু উবিবদগী ঐগী ইখুড়া থোকপা অমনা লাই খুরুম্নীংবরা হায়দুনা ইখুৎ পায়রগা দোলাই মমাংদা পুশিনবিরমই অদুগা "খূরুমও, খূরুমও" হায়দুনা য়াথং

পীবিরম্মী। মহাকসু ঐসু দণ্ডবৎ তৌদুনা খূরুম্লম্মী। ঐদি দোলাইগা নকশিন্ননা, লাইগা থংননা খূরুমহনবনা ঐনা দোলাই মনুংদা লৈরিবা লাইদু ফজনা শেংনা উবা ফংজখি। ঙাইহাক মুন্না য়েংলবদুদা, ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকখিবা অমনা ঐনা পামজবা, নীংজবা লাইমচাদুমক্তি ওইরমখিদ্রে, অদুবু, কুচু ঙৌরোক ঙৌবা, কোয়েৎ মচা অমা য়েৎপা, উরিক নূগুণ শিবা, সনা মচুগী ফৈজোম মচা ফজবা অমনা কূঞ্জা থাদরগা শেৎপা, ঙকশমদগী কোয়তাননা চোন্থরকপা, মপান সনা লোন৺া, খুঊ য়ৌব ফাওবা, ইনফি অঙৌবা মচা অমনা, থবাক ফাওদুনা য়ান্থরকপা অমদি কোয়তানরবা ঙৌরোক ঙৌবা মায়থোংদুদা চন্দন ময়েক লানা থিন্দুনা নাতোনগী সিড়িনা রাশি হেন্না হাপচিনবা, য়েৎকী খুৎনা হায়ফেৎ থাঙ্গৎলগা ময়ামদা আশীর্ব্বাদ পীবিবগী খুবাক তিংথোক্তুনা উৎপা, মোমোন নোকপা মানবা চিনবান্না মকা লামথোরকপদি উরুরিবা, য়েংজরুরিবা ঐগী থম্মোয়দা অপেনবা নুংঙাইববুদি ফজনা ফাওখি, ইশাদা অমুক্কা হন্না খূরুমজনীংবা পোকহন্দুনা, অপাম্বা অনীংবা পূম্নমক থুংহনবিয়ু হায়না খঞ্জরগা অমুক্কা দণ্ডবৎ তৌদুনা খূরুমজরম্মী। অদুবু ঐগী পূক্লিংদদি ৱাখল অমনা চায়রকখি ঃ“ঐগী অশেংবা লাইমচাদু হুবদা য়াওখ্রগা পুরকপসিদদি য়াওরক্ত্রবা জাৎলা, নত্রগা লাইনিনা মশক ওন্থোক্লক্লগা লাকপা জাৎলা? দোলাই মনুংদা লৈরিবসিদি লাই অমখক্তনি অনিসু শুদে, করম তৌবা জাৎনো?” থুনমক লাইদু খূরুম্লম্লগা ঐহাক থোরকখি, অদুগা লাইগী মন্দিররোমদা অমুক য়েংশিন্দুনা পূক্লিং চঙলক্লম্মী।

মতম অদুদা লাইগী মন্দিরদুসু থোং হাংলমদ্রি। ঙাইহাক লৈরগা তোঙান্না অথেন পোৎ য়াওবা শেঙ্গা অনিখক মন্দিরদা মৌ নহা অনিখক্লা পুখৎলক্তুনা থম্লম্মী। অদুদগী লাইশিংগী মন্দিরদু ঐজ্জা তোম্বোইনা

মনুংলোমদগী হাংদোরকখি। মদু উবদগী ঐনা নাকন্দা চেপথদুনা মুন্না য়েংজরকপদা ঐনা পামজবা মচুগী লাইমচাদুনা ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌদুনা কেকু লোৎলুবদগী ফোংলকপা মতাগুম খূরুখুদক কুন্দুনা অঙৌবা লালূ মতূমদু অদুম পায়দুনা লক্লরকপগুম্নসু তৌরকখি। মহাক হেক উরকপদগী ঐগী লাংতক্লরম্বা পূক্লিংদু পূংফ-ফখিদুনা য়াম্না নুংঙাইবগী ফীভম অমদা লৈজবা ফংখি। অদুগা অসুম্নসু খল্লকখি ঃ“নোংমদি ঐগী ইখুত্তা য়ৌদুনা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নবদি শোয়ররোই, মহাক ঐগী শোয়দনা ওইগনি, ঐগী পূক্লিংদা মহাকপু কাউথোকপা শুকঙম ঙম্মোয়।” অদুম তৌদুনা পূক্লিংদা থাজবগা লোয়ননা মীয়ামগী নুংঙাইবা, লাংবা অদুদা য়াওজখি।

ঙাইহাক লৈরগা হুরাল্লুবা লাইদু মন্দির মনুংদা বামোন্না দোলাইদগী লৌথরগা লাইয়াম্না লৈতেংলিবা তাঙবলদা লেঙশিনখি। অদুগী মতুংদা, অমুক আর্তি কত্তুনা তিল্লিবা মীয়াম্না লোয়নমক লেপখত্তুনা পূং, শেনবুং য়ৈবা; ঝাল, কোর্তাল, কাংশি খীঙবা; মোইবুং খোংবা, ঈশৈ শকপশিংনা মন্দিরগী অকোয়বদুদা পূমনীল নীল্লম্মী। অতৈ অহল লমনশিংসু মখুৎ অনি থাঙ্গত্তুনা হরাওনা, নুংঙাইনা ঈশৈ খুমদুনা য়াওশিল্লী। অঙকপা, অকিবা, তু-চুংবা অমা ঐঙোন্দা পোল্লম্মী। অদুগী মতুং তাথরকপদা আর্তি কৎপা লোয়রদুনা পাবুং নিংথেম্না মন্দিরগী মনুংদগী থোরক্লগা মখুত্তা পায়রিবা মোইবুং মচা অমদগী হৈথরকপা ঈশিংনা পাকথদুনা মন্দিররোমদা মায়ওনশিন্দুনা লৈরিবশিংদা চায়শিল্লম্মী, মীয়াম্না হরাওনা “হরে হরে” হায়না শোন্দুনা মন্দিররোমদা খূরুম্নরম্মী। অদুগী মথং তারকপদা লাইশিংগী মন্দিরদু মনুংলোমদগী থোং লোনশিনখিরম্মী। ঐনা খঞ্জখিঃ “ঐগী লাইমচাসিদদি মীনা হুরানবিখিদবা ওইসনু।” “মীয়াম পূম্নমক ফমফমলাংদা লেংশিনবিয়ু, লাইদা কৎলকপা অথুম অহাও পূম্নমক প্রসাদি সেবা ওইনবা য়েস্থোকচরগে”

হায়দুনা অহল খর ওইবা অমনা লাওরকখি। অদুগী মতুংদা কবোক, হৈ-রা পূম্নমক মথং মথং য়েল্লক্তুনা ঐগীসু শরুক থুংলক্তুনা ময়াম লাংবদুদা ঐসু য়াওরকখি, নুংঙাইজরকখি। অচাপোৎশিং য়েন্থোকপা লোইরবদা মীয়াম পূম্নমক মথং মথং ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী। থোক্লখিবদা বামোন নিংথেমগী কোন্থোং পানবা থোঙ্গালদু মীনা কৃক-কৃক ইন্নদুনা লৈনখিবনা ঐহাক্না ঙাইহাক চোন্থরগা ইমান্নবা খরগা য়ুমদা হল্লক্লম্মী। অদুবু, ঐনা ঐগী নুং-দা খঞ্জরিবা, লাংজরিবা পূম্নমকসিদি কনাগুম্বা অমত্তদা ৱ'বী শাদোকখিদে, খঙহনখিদে। ইতোমতদা পঙনুং-নুংঙাইজরুবা অমদি ৱাজকববতনি।

# শোক্ল-শম্নবা য়াদবা

মতমদি লেপ্পু হায়বা য়াদবনিনা নোংম-নোংমগী হৌজিনখিবনা ঐসু ক্লাস টূ তম্বা হৌরক্লম্মী। ক্লাস টূ হেক কারকপদা ঐগী শাজৎ, ঐগী ৱাখল, ঐগী হৈনবী পূম্নমক পূমওন ওল্লকপগুম তৌরকখি। ক্লাস টূ তম্বসি মতম অদুদা "মঙাশুবী ক্লাস তম্বা" হায়না হায়নরম্মী। ক্লাস টূ তম্বদা ইংরাজী তম্বসু হৌরে, অঙ্কনা "পাটিগনিত" কৌবা মুতুম রাধেশ্যাম্মা ইবা অমা তম্লম্মী। ফনা ফজনা কূপ্না নৈনদুনা তম্বা হৌরকখি। ঐহাকসে ক্লাসটূগী রোল নম্বর ৱান্নি। ওজানসু ঐবু য়াম্না লুনা চান্না তৌবিরম্মী। মতম অদুগী সমাজদুদা মাংবা-শেংবগী ৱাফমসি অদুম কন্না ঙাক্তুনা চৎনরম্মী। নিংথৌগী ৱায়েল থৌদাসু চৎনবী ওইনা হিক্তোকপা য়াদনা অদুম্নসু চৎনরম্মী। নিংথৌনা য়াদবা থবক অমত্তা প্রজানা হিক্তোকপা ঙম্লমদ্রি। ভারতনা নীংতম্বা ফংবতা ঙাইরিঙৈ মতম অসিদা, ঐগী লাইমচাগী ৱারীসি নাকন অমদা থৈথরকপগী মওং অমদা লাকখি। ঐদি হান্না মাংবা শেংবগী ৱাফমসি থোইনা পূক্লিং চংলমদে, ভাব মুন্না তারমদে; বামোন্না লাৎলিবা লাইশিং অসি ঐখোয়সু লাৎপা য়াবগী ৱাফমদা অদুম খন্দুনা লৈরকখি। লাইদি বামোনতনা লাৎলি, পূজা তৌই হায়বা ৱাফমসি ভাব তানা খঙবা ৱাৎলম্মী। অদুগা, লাইনুংদা লৈরিবা বামোন্না লাৎলিবা লাইশিং অসি ঐখোয়নসু পায়বা, শোকপা য়াবনি হায়বগী ৱাখলদা অঙাং ওইনা তাওদুনা লৈরম্মী। মরম অদুনা ঐনা অহানবদা

হেক উজরুবা লাইমচাদুবু মমিংমথা ফাওবা করি কৌই খঙদনা ঐনতা য়াম্না নুংশিনা, থরায় তানা ঐগীতা ওইজগে খল্লুদুনা ঐজ্ঞা তোম্বোইদা লোন্না লাইমচাদুতং ঐঙোন্দা পীরো হায়জরুবনি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা য়াম্না শিংনা, ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী ইচম চমজবা, অমকপা লৈতবা ঐগী অপান্বদু খঙবিদুনা, ঐগী পূক্নিং হন্দনবা, অদুগা ঐবু নীংবা কায়হন্নীংদবদগী হেক্তা হয়েং শোয়দনা পীগে হায়বীরম্বনি। লাইদু ঐখোয়না শোকপা, পায়বা য়াদে, মাংই, বামোন নত্রবদি পায়হন্দে. সেবা তৌহন্দে, দোষ পুনি হায়না ময়েক শেংনা তাকপীরমখিদে।

মতাং অসিদা, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা খল্লম্বা ৱাফম অনিখকসু লোত্তুনা থম্বগুম তৌই। ৱাফম অমনা ঐহাকসি অঙাং ওইবনিনা লাই তিনগী ৱাফমগী মরমদা তাকউবদা ভাব তাখিরোই, ঐগী নীংবা কায়খিবা য়াই হায়বা অমা, অদুগা, অতোপ্পা অমনা, খর চাওরক্লগা মতোমতা মরায়না খঙজরক্কনি, মখোয়গী ইমুংসু লাই-তিনগী মরমদা থৱায় য়াওবনি হায়না পুথোকপসু ওইরম্বা য়াই। অদুননি, হয়েং পীগে, অদুগা অমুক মথং নোংম-নিনি লৈরগা পীরগে, তুমিন্না পীগদবনি, হায়দুনা অসুম য়েথোক্তুনা ঐবু চাংয়েং তৌদুনা লাকখিবনি; ঐনা ভাব ইতোমতা তারকপদু ঐজ্ঞানা ঙাইরম্বনি খল্লকখি। অওইবমকসু, মদু ওইরমগনি হায়না ঐনা ভাব তারবা কান্দা লৌজরকখি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, মতম কুইনা ঐঙোন্দা শুকহায় হায়দোক্তবা ৱাফম অমা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ফুমদুনসু থম্বীরম্মী। মদুসু ঐনা জ্ঞান লাক্লবা মতমদা মরায়না খোঙ্গুল লীজরক্কনি হায়বগী মওংদা শুক্তাক তাকথোকপীরমখিদে। মদুনা ওইরমাল্লে ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐঙোন্দা মতম শাংনা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী লক্লদুনা লাক্লিবা! তশেংনমক হায়রবদা, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐঙোন্দা লাইমচাদু পীগে হায়রকপা য়াম্না অর্থ লৈরম্মী; " নখোয়গীসু লাইনি,

ঐনা শোয়দনা পীগনি, হয়েং পীগে, হংচিৎ পীগে" হায়দুনা থৈদোক থৈজিন তৌদুনা লৈরম্লীবসিদি নুং-দা অর্থ লোইনা লৈরম্বনা, কোন্না কাইনথংদা ইতোমতা খঙজরকখি। অদুগা, মাগী মনাও নিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মসু নুং-গী অর্থ খঙনবরা করিনো মঙোন্দসু লাইমচা পীযু হায়জরুবদা "ঐখোয়গী য়াম্লুংনা পীদ্রবদি ঐনা পীগনি, মঙোন্দা অদুম হায়খো" হায়রকখিবসিনা করম্বা অর্থনো ঐনা ঙক্লা থোকখি। মহাকসু নুং-গী অর্থ খঙনা ঐঙোন্দা লক্লরিবা জাৎলা হায়না মওল মওল খল্লকখি।

মমাংঙৈদগী হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা জাতি বর্ণ খায়বসি য়াম্না কন্না চৎনবী ওইনা মতম শাংনা লৈরম্মী। জাতি বর্ণসি মরি থোক্লা খায়রম্মী, মদুদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈষ্য অমসুং সুদ্র অসিনি। ঐখোয়গী মতমদুদা, বর্ণ খায়বগী ৱাফমসি ফজনা চৎনবা উরম্মী। বর্ণ মরি অসিগী মনুংদা ব্রাহ্মণনা খ্বাইদগী ৱাংবা, অফবা - বর্ণ ওইনা লৌনরম্মী। মখোয়বু লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা, বেদ শাস্ত্র য়াম্না খঙবা, লাই-তিনগী পূজাদা তৌবা, ব্রহ্ম মশক খঙবা মীওইনি হায়না লৌনরম্মী। মখোয়গী কাঙলুপ অসি নত্তবা অতোপ্পা কাঙলুপকী মীওই কনা অমত্তনা লাই লাৎপা, লাই পূজা তৌবা য়ারমদে। ব্রাহ্মণ বর্ণদা পোকপা মীওইশিংসি সমাজদা ৱাংনা থাঙ্গৎনদুনা থম্লরম্মী। মখোয়দা পীজ-পীথক তৌবা, দান-তৌবা মীশিংদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা অৱাংবা থাক্তা হায়বদি অৱাংবা বর্ণদা পোকই হায়নৈ। ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লকপা মীওইবু মরাইবক ফবা মীনি হায়না লৌনরম্মী। বর্ণ খুদিংমক মাগী মাগী বর্ণ গী ওইবা তোঙান তোঙানবা শিনফম পায়নরম্মী। বর্ণ অমগী শিনফমদা বর্ণ অমনা লানশিন্দুনা পায়নরমদে। ৱাফম অসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মুন্না খঙদবা অমা ওইরম্মী। অদুবু খর চাওরক্লবা মতমদা ক্লাস টূ হেক তম্লকপদগীদি ঈশ্বরগী থৌজালদগী ভাব খর তাবা হৌরকখি। মাংবা

শেংবগী ব্রাফমদি মতম অদুদা য়াম্না কন্না চৎনবী অমা ওইনা লৌনরম্মী। মতম অদুগী সমাজ অদুদা অকনবা চৈফু অমা ওইরম্মী। হিদাকফু-ফিদা তিন্নবা য়াই-য়াদে, শাগৈ-জাৎ ফৈ-ফত্তে, য়েক-শালাই তিন্নৈ-তিন্নদে, চারৌ-মৌরৌনবা য়াই-য়াদে হায়বনচিংবা য়াম্না তুকা তিক্কি থিনবা অমা কন্না চৎনরম্মী। হৌজিক্কী মতমসিদা চৎনরিবশিং অসিগা য়াম্না খেন্নরম্মী।

মতম অদুদা মৈতৈশিংনা চীংদা তাবা চীংমীশিংবু হাও হায়না অমত্তা ওইনা কৌনরম্মী। হাও, পাঙল, ময়াং, য়াইথিবী নচিংবশিংবু মৈতৈশিংনা ময়ুমদা অমত্তা পুশিন্দুনা চামিন-থকমিন্নবা, য়াহিপ-য়াতামিন্নবা য়ারমদে; মাংই, শোক্ল-শম্নবা য়াদে থিংলম্মী; করিগুম্বা লমহেন-তুহেনবশিংনা চারৌ-মৌরৌনবগা য়াওরকপা থোক্লবদি মাংই হায়দুনা মৈতৈ সমাজদগী ফাওবা ইন্থোক্লরম্মী। মৈতৈগী ইমুংদা চঙহনবা, য়ুমগী মাঙ্গোলদা কাহনবদি লায়রদনা য়ুমগী শুমাংদা ফাওবা চঙহল্লমদে। কনাগুম্বা কাঙলুপ অমগী মীগা মপান্দা মরুপ মপাং ওইনা তিন্নরুবা য়াওরুবদগী নোংমা ফাদোক মৈতৈগী য়ুমদা চংলকপদা শুমাং মচি অমদা ষণগী পোৎপু থারগা ফমহল্লম্মী, ফক-ফজবা, ফাল ফজবা অনানবা থাবদি লায়রদনা ওন্থোক্লা হন্থনা য়েংবা মীয়েং অমদা থম্বীদুনা লোইনবগুম তৌরম্মী। অদুবু, মখোয়শিংসিনসু অদুম য়াদুনা চৎলম্মী, থোইদোক্লা ৱারৌনরমদে, মৈতৈশিংনা হায়বা তৌবশিংদু অদুম লোইনা য়ারম্মী , মলোম অমত্তা থম্নরমদে। মতম অদুদা অঙাং ওইনা ঐহাক্লা খনখি - “মখোয়শিংসিবু মথৱায় নুংঙাইরম্লোইদ্রা? ইমুংদা, মাঙ্গোলদা কৌশিল্লগা, ফজবা ফক, ফাল, মোড়া চৌকিনচিংবা থাবিদুনা ফমহনবা য়াদবরা?” অসিগুম্বা মাংবা-শেংবা, শোক্ল-শম্নদবা, চারৌ-মৌরৌনদবা, চাকচা-ফিদা তিন্নদবা, জাৎ-বিজাৎ খায়নবা অসিনচিংবশিং অসিগী অথিংবশিং অসি মতম অদুগী সমাজদুদা য়াম্না কন্না চৎনবী অমা ওইনা

তৌনরম্মী। ঐনা হেক খঙজহৌবা, থোকখিবা থৌদোক খর পঞ্জরবদা ঐখোয়বু পোকপিবা ইপা ইবুংঙোগী নুংশিজরবা মতাও "মরিং হাও" অমা লৈরম্মী; মহাক খোংজোমগী মমাংদা লৈবা লাংঙথেল মরিং খুন্দগীনি। মমিংনা অমেবা কৌই। চহি হেক খুদিংগী লৌরোক থা লোইরকপদা পাল, মঙ্গ্রা, হৈরীপোপ, হৈথুম, চাকৱায়নচিংবা শম অচৌবদা হাপ্লগা মতাওগীদমক পুরক্কুনা মখোয় অনি অহুম মখোঙনা লাকখি। অদুগা উপলগী কাংজৈ কম্পাক অনি অহুমসু মতাওগী মচানা কাংজৈ শান্ননবা খাংবিরকখি। মখোয় লাকপদা হরাওনা নুংশিনা ইপা ইবুংঙোনা তরাম্না ওকপিখি। অদুবু, মখোয়শিং অদু যুমগী মাঙ্গোলদা অমত্তা কাখৎহনখিদে, শুমাং মচিদা মখোয়না ৱানা পুরকপা শমশিংদু থাহল্লম্মী, অদুগা মমাং শঙ্গোয়গী মচি অমদা ফাল মচা মচা থারগা ফমহল্লম্মী। অঙাং ওইনা ঐদি কয়াদা নুংঙাইতবা ফাওখিবা! ইপাগী মতাও অদুনা ঐবু কৌরগা "সেঃ সেঃ ইচা নুপা, নঙগী কাংজৈ শান্ননবা ইপানা উপলগী কাংজৈ কম্পাকসে খাংপিরকপনিকো, লৌ সে", হায়দুনা ঐবু কৌশিল্লগা পীবিরম্মী। ঐনা কয়াদা হরাওজখিবা!

অয়ুক্কী চাক চারমদাইদা থুংঙবনি; ঐখোয়গী ইমা অমসুং বাবানা মতাওশিং অদুবু নুমিৎ থেংখ্রগনি, শুমাং মচি অমদা চাক থোংলো, অদুগা নখোয়না চানিংবা ঙা-চাক অরৈবা মখৈ নথৱায়না পাম্বা মওংদা থোংদুনা চারো হায়না তাকপিরম্মী। ইমানা থোংনবা পাত্র, য়োৎশবীনচিংবা পুথোক্কুনা চেং-চাক, ৱাইথৌদগী ঙাতোন অতেকপা ময়াম অমা লৌরুদুনা পীরম্মী। মখোয়সু হরাওনা নুংঙাইনা চাক্কু থোংদুনা চারম্মী। মখোয়না চাবদু ঐনা মুন্না লেপ্তুনা য়েংলম্মী। মরমদি মখোয়না চাক হুকপদা মখুত্তগী ময়া কাথোক্লগা হুনজিল্লম্মী, য়েংবদা নুংঙাইরম্মী। মখুত্তসু চাক অমত্তা পকহল্লমদে। য়েংঙুবদুদা ইপাগী মতাওদুনা "ইচা নুপা! নঙ চানিংপরা? য়েঃ

ঐখোয়গীসিদি মাংইদা! হাওরোইয়েঃ নপা ইতাওনা, নমা ইচলনা চৈবিরক্কনিয়ে, হাওরোইয়েঃ” হায়দুনা ঙাঙলকখি। তশেংনমক, ঐসু মখোয়না চারিবদু উরুবদা চানীং থক্লীংবা ফাওরকখিরম্মী। মখোয়না ঙাঙবদু তাবদা, ইমানা ঐবু কৌশিল্লকপদগী মখা তানা য়েংবা ঙমখিদে। অদুনা, অসুম খঞ্জিল্লুরগা মতম অদুদা তৌনরল্লিবা, চৎনরল্লিবশিংদুসু থোইনা নুংঙাইনদবা, ৱারৌনবা অমত্তা উখিদে; খৎনবা, নুংশিনদবা, য়েংথীনবগী মমিসু তাখিদে। অদুম চৎনবী, য়ানবী ওইনা হরাও হরাও তৌনদুনা লোইনরম্মী। ইপাগী মতাও অদুনা নুমিৎ নিনি হুমনিগা ঐখোয়গী মমাং শঙ্গোয়গী মচি অমদা চরু থারগা ফৌরানা ঙাকশিল্লগা লৈহল্লম্মী। মখোয়সু অদুম নুংঙাইনা ৱারী -ৱাতাই শানদুনা লৈত-লাইর, অৱা-নুংঙাইগী মরমদা খন্ন-নৈনরম্মী। ঙারোই ঙারী, ঙাতোন ঙারী ময়াম অমা ৱাইথৌ পাৎকী ঙায়োনবীশিংদগী চোইখোম ময়াম অমা খোম্বীরগা শমশিং অদু থন্নবা নোংমা -নিনিগী মনুংদা হোৎনবীরগা ইপাগী মতাওশিংদা মথৱায় হরাওহন্দুনা মমল হোংনা ফংহল্লগা অমদি ঐখোয়গী ইমুংগী ওইনসু অহেনবা শরেং ঙাকুই, পোরোম ঙাফক কয়া অমসু হাপ্পিরগা ময়ুমদা চৎহনখি। ঐখোয়গী বাবানা “ইতাওখোয়! নোংমৈসু সুঙৈ মতমসিদা লাকউকো, ঙারী ঙাতাই য়াম্না খোমদুনা থনমগে” হায়রগা বিদায় পিদুনা থিন্দোকপিখি। ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা ইপাগী মতাওনা “ইচা নুপা! নোংমৈসু কাংজৈ খাংঙগা ইপানা পুবিকে, নাকনুকো!” হায়রম্লগা চৎখি। কয়াদা চম্না নুংশিখ্রবা ইপাগী মতাওনো! মাংবা শেংবগী থবক অসি ঐখোয়না অঙাং ওরিঙৈ, জ্ঞান খর খর তারক্লবা মতমদা উহৌবা, খঙহৌবা ঙাক্তনি।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা, ইমানা কৈথেল কারুরগা য়ুমদা কুম্লকপদা লুকমায়দু শুমাংগী মচি অমদা থারগা ইমুংদগী মী কৌথোক্লগা ফি অশেংবা

অমা পুরকউ, ইমাদি হরিগী কৈথেলদা চংলুরে, হৈ-রা খর লৈরুরে, পুখ্রিদা ইরুজথোক্কে, ফি হোংদোক্লবা ফনেক পুথোরকউ হায়দুনা শেৎলিবা ফিশিংদু ঈশিংদা তুমথোক্তুনা ইরুজথোক্লম্মী, অদুগা লুকমায় পাল্লুবগী লুকমায়দুনা কোন্না থাংজিল্লম্মী। ৱাফমসি পল্লকপদা, ফোঙদোক্লীংবা অমনা "হরি কৈথেল" হায়বা অসি মীয়ামগী কৈথেলদগী তোঙান্না মফম অমা লৈরম্মী। মফম অদু হৌজিক লৈরিবা ললোনফম ফম্বা, লুকমায় থাদুনা ফম্লরিবা থৌবাল কৈথেল অচৌবসিগী নোংপোক থংবদা হৈনৌ পান্বী অচৌবা অমা হৌরম্বদুগী মখোঙগী অকোয়বা ময়াদা "য়াইথিবী" হায়না মতম অদুদা খঙনবা, হৌজিক্লা "থৌবাল খুনৌ" হায়নরিবা ৱাইথৌ পাৎকী মপান্দা তাবা খুন্নি হায়দুনা "ৱাইথৌ মপান" হায়নসু খঙনরম্বা, খুঙ্গং মচা অমা, লিশমলোক চীংগীদি হায়থরকপা নাপোমগী নোংচুপ থংবা চীংখোঙদা খুন্দারিবা লমসিগী মীওইশিংনা কাবা কৈথেলগী মফমনি। অসুম্না কৈথেল ফাওবা মখোয়গী জাতিবু তোঙান্না ফমহল্লম্মী, মখোয়দগী পোৎ-চৈ লৈবদা মশা-শোক্লবা মাংনরম্মী, মখোয়গী মরক্তা চঙলুবা, পোৎ-চৈ লৈবা য়াওরুরবদি মাংই হায়দুনা ময়ুম ময়ুম য়ৌরগা ইরুজথোক্লরম্মী। অদুগী মথক্তা, য়াইথিবী খুনসি ফাওদুনা চৎলুবা, চঙলুবা য়াওরবদি ময়ুমলোমদা হল্লকপদা য়ুম চঙনদ্রিঙৈদা ইরুজথোক্লগা চঙনরম্মী। ৱাফম অমনা, খুনসিদা পোকপা মীশিংগা অতোপ্পগা চারৌ মৌরৌনবসু য়ারমখিদে, থীংলম্মী। মাংই, তৌহৈদে হায়দুনা মাগী মাগী শাগৈশিংনা ইন্থোক্লরম্মী।

থৌবাল খুনৌ হায়না খঙনরিবা খুন অসি থৌবাল কৈথেন্দগী কিঃ মিঃ ৪ রোম চৎলগা লৈবা খুন মচা অমনি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা মফম অসিদা খুন্দারিবা মীশিংবু ইন্থোক্তুনা থন্নগা মীয়ামগা শোক্ল-শম্নবা য়াহল্লমদে। মখোয়গা হেক শোক্ল-শম্নরুবদা কোনুংগী বামোন থারক্তুনা শেংদোক-

খোংতোক্লবগী থবক ফাওবা পায়খৎনরম্মী। মখোয়গী মরুওইবা শিনফমদি নিংথৌ পাল্লিনৈদা "অমোং - অকায়" শেংহনবগী মথৌ ওইহল্লম্মী। মীয়ামদা মখোয়বু মশক খঙহন্নবা হায়দুনা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎনহল্লম্মী। মীয়াম তিনবা মফমদা মখোয়গা শোক্ল-শম্নবা য়াহল্লমদে, চঙহল্লমদে, তোঙান্না মশক খঙনা লৈহল্লম্মী। কৈথেন ফাওবা মখোয়গীদমক তোঙান্না ফমহল্লম্লিবসিনি, কয়াদা কনখ্রবা মাংবা-শেংবগী চৎনবী পথাপ্লো! হৌজিক নুপী ঙাক্তনা ফম্লিবা ললোনফম কৈথেল অচৌবা, থৌবাল কৈথেল অসি মমাংনৈদদি "তম্ফা কৈথেল" হায়না খঙনরম্মী। চূঁড়াচান্দ মহারাজগী মজা ইবেম্মা "তম্ফাসনা"না হোংলম্বনি হায়নৈ। অদুগা অতোপ্পা কৈথেল অমসু ময়াং ইম্ফাল তাবা লম্বীগী তোর্ব্বানলোম থংবা হৌজিক্লা তুরেলনা নিংখায়খ্রবা থৌবাল থোংগী মনিংথংবা পরেংগী শরুক্তা শাংনা কৈথেল অমসু কানরম্মী, মদুবুনা "কৈথেন অশাংবী" হায়না খঙনরম্মী। মতম অদুদা দুকান শাদুনা ফম্নরমদে। নিপাশিংনা উপু শদা মচা মচাদা য়োন্নবা পোৎ-চৈ হাপ্লগা কৈথেল অশাংবীসিদা থারগা মোজাফুরিৎ, চুরুট অকবর, থাওমৈ লেন্টন্নচিংবা য়োন্নরম্মী। নুমিৎ তারকপা অদুৱাইদা কৈথেল খন্নম্মী।

মতম অদুদা "অমাং-অশোয়" শেংবা মীওইশিংবু "হরিজন" হায়না কৌনরম্মী। থৌবাল খুনৌ খুনসিগী মীওইশিংবু "হরিজন' নি হায়না লৌনরম্মী। মরম অদুনা খুনসিগী মীওইশিংনা কাবা কৈথেলবু "হরি কৈথেল" হায়না কৌনরম্মী। খুনসিগী মীওইশিংবু মীয়াম মরক্তা চঙবা য়াদে, হোটেলদা চা থকপা য়াদে, অতোপ্পা মীশিংগা শেক্ল-শম্নরুবা য়াদে, মাংই হায়দুনা থীনা থীনা তৌবিবা, ইকাইবা পীবিবা, ফুবিরকপনচিংবা থৌদোক থোরকপদা মথম্মোয় শোক্ল-শোক্লা লেল্লকখিবা পূম্নমকশিংদু উরুবদা অঙাংওইনা ঐহাক্লা মখোয়গীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি অমসুং করিগীদমক্তা মীগা

মীগগী মরক্তা খেন্নবা থম্বীবসি য়াম্না ফত্তবা চৎনবী অমনি হায়না খনখি, অদুগা য়াম্না থুনা চৎনবী অসি হোংদোকপা, মুৎথৎপা পামখি। হৌজিক্না থৌবাল খুনৌ হায়না খঙনরিবা খুন অসিদা বামোন অঙৌবী কৌবা ব্রাহ্মন মচা অমনা অমুরৈ কৌবী মশক মতৌ চংখোল্লবী য়াইথিবী নিংঙোল অমা খোইদাদুনা লৌরুবদগী বামোন অদু জাৎ তাদুনা য়াইথিবী খুন্দুদা অদুম মপৃন্সি মতোন লোমখি। মখোয় অনিগী অশেংবা ধারা অমত্তা থনমখিদে। মহাক্কী মতমদগী খুন অদুদা বমোন লাইশঙ শাদুনা লাই লাত্তুনা হিন্দু ধর্ম্মদা মায় ওনশিন্দুনা, অতৈ খুনশিংদা তৌনবগুম্না অমাং অশেংগী, শোক্ল-পন্নবা য়াদবগী থবকশিংদু থাদোক্লদুনা অমত্তা ওইনা অতৈ অতৈশিংগা তোৎন - তিন্নদুনা লৈমিন্নবা হৌখি। অদুনা হৌজিক্তি, খুন অসি সেদ্যুল কাষ্টতা চিংজরবসু, মমাংঙৈদা তৌনরম্বা, চৎনরম্বা, অদুগুম্বা মীগা মীগা খেন্নবা, অমাং - অশেং, শোক্ল-পন্নবা য়াদবা হায়বগী ৱাফমদু শুক্লে লৈত্রে হায়বা য়ারে। চারৌ-মৌরৌনরে, চঙথোক-চঙশিন তৌনরে, জাৎ-বিজাৎ খায়নদরে, পূন্নমক অমত্তা ওইনরে। অদুবু, তুক্কা-তিক্কি থিগনবা মীওইশিংনা মচা মশুশিং তুরৌ-চারৌনবগী মতাংদা, অফবা শাগৈ-জাৎ ফবা, ধারা নালা ফবা থিরকপদা কৃপশিন্না য়েংনরকপদদি মখোয়গী কাঙবুগা তুরৌ-চারৌনবা য়ানীংদে, নৃং-দা অথিংবা অমা থম্নবগুম উই। মসি মী মীদুগী মরন্নাইগী মতনি, অদু নত্তবদদি অথিংবা অমত্তা লৈনদ্রে, থম্নদ্রে, লোইনা চারৌ-মৌরৌনরক্লে, ফত্তবা ৱাখল অমত্তা খন্নদ্রে, খেন্নবা অমত্তা লৈত্রে।

অসিগুম্বা মাংবা শেংবগী ৱাফম, লাই শোক্ল-পন্নবা য়াদবা, বামোন নত্তনা লাই লাৎপা য়াদবা, জাৎ-বিজাৎ খায়বা, কাঙলুপ মশেল তিন্নদনা তুরৌ-চারৌনবা য়াদবা, বামোন নিংঙোল মৈতৈনা লৌবা য়াদবা, অদুগা মৈতৈ নিঙোলবুনা বামোন্না লৌবা য়াবা, অসিগুম্বা হান্না চৎনরম্বা,

তৌনরম্বা, খঙলমদবা ময়ামদু ক্লাস টূ কারকপদগীদি খর ভাব তানা খঙবা ঙম্লকখি। মতম অদুদা মণিপুরদা চৎনরম্বা সমাজগী চৎনবী অদুগা হৌজিক্কীসিগা য়াম্না খেন্নরম্মী হায়বসে ঐখোয়না খঙবা, উবা ঙম্লকখি। মরম অদুনা ঐনা আশা তৌরম্বা "ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মনা অমদি মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মনা ঐঙোন্দা ঐনা পামজবা লাইমচাদু শোয়দনা পীবিগনি" হায়না কন্না হায়খিবশিংদু ঐঙোন্দা ফাগী তৌদুনা হায়বা ওইরমখিরম্মী। "বামোন কাঙলুপ নত্তনা অতোপ্পা মৈতৈ কনা অমত্তনা লাই শোকপা, লাই লাৎপা অমদি লাই পায়বা য়াদে" হায়বা ৱাফমশিং অদু ঐনা অঙাংওইবনা খঙদদুনা, লাইদি পামজবা, মতম পুম্বদা লোয়নদুনা শান্নমিনীংবগী ভাবতা বামোন্দা হেক্তা পীয়ু হায়জরুবনি; অদুগা, লাইগী অর্থ, শোক্ল-পন্নবা য়াদবনি খঙদদুনা ঐনা হেক্তা হায়রকপনি হায়বগী ৱাখলদা " হোয়, পীবিগে, হয়েং পীগে, নখোয়গীসু লাইনি" হায়না বামোন্না হেক্তা হায়দোকখিবা জাৎনি। মতাং অসিদা " নখোয়গীসু লাইনি" হায়বা ৱাহৈ অনিখক য়াওরিবসিসু কদায়দগী হাপচিল্লকপনো, হেক্তা চীম্থোক ওইনা শোয়দুনা নুংশিবিবগী ৱাখলদা পুথোক্কুনা শোয়দনা পীবিবগী থাজহনবা পোকনবা অমদি ঐবু ৱারৌদনবা নত্রগা লাইদুবু য়াম্না পামহনবা, লাইবু থাজহন্নীংবগী ৱাখল পোকহন্বা হোৎনবরা হায়বা ৱাখল পরেং অমা ঐগী ৱাখলদা মথং মথং মংলান ওইনা বামোন তোম্বোই অমসুং মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মদুগী ৱাতাশিংদুদা মওল মওল খনবা হৌরক্লম্মী। মদুগী ৱাফমশিংগী মরমশিংদু কনাদসু অমুক হংঙুবা, তান্নরুবা তৌদনা অদুম লূপ্পুনা মতম শাংনা ফোঙদোক্কনা য়ৈশিন্দুনা লৈখি। ঐহাকসু লাইরিক মখা তমথবদগী মথং মথং অদুম চৎথখিদুনা মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্ম অমদি মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মগী ৱাখল পূম্নমক থাদোক্লম্লগা ইম্ফলদা লৈদুনা আই, এ, বি, এ, তমথনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু, ঐনা আই, এ, পাস

তৌরবা মতুংদা, য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওখিবদি ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মগী মনাওনিপা ইবোতোম্বী শর্ম্মদু খঙহৌদনা নাদুনা শিরে হায়বা তাখিবদা ঐগী অঙাং ওইরিবৈগী মতমদা লোয়নখিবা, শান্নমিন্নখিবা, ঙাঙনখিবা থৌদোকশিংদু নৌহৌননা ময়াম অমা নীংশিংবা খঙপোক *পোক্লকখি।* “ ও! ইবোতোম্বী শর্ম্ম শিখ্রবোইরে ! ও ! ওম্হোক্লা নুংশিখ্রেদকো !” হায়বা ইচিন্দা মখোল থোক্লা শোঞ্জরগা তূমিন্না ঙাইহাক খন্দুনা মাগীদমক ঈশ্বরদা চঙজফম পীবিনবা প্রার্থনা তৌজখি। ঐজ্ঞা তোম্বোই অমদি মহাক্লা হায়খিবা ৱাফমশিংদুসু কাওরুবদগী ময়েক শেংনা নীংশিংহনখি। থম্মোয়নুংদা নুংঙাইতবা অমসু ফাওরকখি।

মথং চহি ওল্লকপদা, ঐনা য়ুমদা ইম্ফালদগী লাকপদদি ঐজ্ঞা তোম্বোইখোয়গী য়ুম হোংখিরম্মী, কিয়াম সিপাই খুন্দনি হোংখ্রিবসে হায়দুনা মীয়াম্না ঙাওনবা তারম্মী। ঐনা করিগী হোংখ্রিবনো হায়না হংবদা কিয়াম সিফাই খুন্দা বামোন অমত্তা লৈতে, মীনা ইংখোল কৎকনি, লৌ পীগনি, কৎকনি হায়দুনা খুন্না, লৈকাইনা অমদি ইংখোল কৎলিবদুনা হায়জমনবদগী অদুগা অমুকসু মখোয়গী সুবিধা খর ফংজগদবা লৈবদগী হোংখিবনি হায়না ঐনা তাজখি। “ ও ঃ অদুগী ওইরে”, হায়রগা ঐহাক মখা তাজখিদরে। কলেজ তম্বা লোইনবা কন্না হোৎনখি।

# জগৎ বন্ধুগী কাংচিংবা

চহি মরি ইম্ফালদা, ইখুড়া অমগী ময়ুমদা কলেজ তমদুনা লৈরবসু মরক মরক্তা থৌবালগী য়ুমদা লাকখি। চহি অনি হেন্না লৈরক্লবা মতুংদা কুম অমগী জগৎ বন্ধুগী অহানবা কাং চিংবা নুমিত্তা কোনুংগী কাং চিংবা য়েংবা লোইরম্লগা য়ুমদা একাগাড়ী তোংদুনা হায়থরকখি। য়ুম য়ৌবগা, গাড়ি থনম্লগা, লৈকাইগী কাং চিংবগী কাংশি, ঝাল, শেনবুং মখোল তাবদা ঐসু লৈকাইগী কাং চিংবসিদি হৌজিক্তা চিংথোরক্লিবা মাল্লে, য়েংঙুখিগে হায়দুনা ইমাদা হায়রম্লগা পরপ-পরপ থোক্লকপদা ঐখোয়গী মমাংগী লম্লোং মরি ফাংবা শড়োক ময়াদা কাং অহুম পূল্লপ মায় ওনশিন্নরগা মীয়াম্না য়াম্না হরাওনা নিপা-নুপী, অঙাং-অহল খায়দনা মখুৎ থাঙ্গৎনরগা " জয় জয় শ্রীজগৎনাথ আরাতি করে " হায়দুনা ঈশৈ শক্তুনা, পুং, ঝাল, কাংশি, শেনবুং য়ৈবা য়াও, মোইবুং খোংবা য়াও, পুমনীল নীলম্মী। ঐসু পরপ-পরপ হোৎচিল্লম্মী। মফম অদু য়ৌবদা মীয়াম্না কোইশিন্দুনা লৈরিবা অদুগী অহাংবা ময়ায়দা বামোন অহুম্না মখুৎ মখুত্তা মৈ চুরবা আর্তি চবুন চবুন পুখম মচা অমমমদা হাপ্লগা য়েৎ থংবা খুৎনা পায়নরগা অদুগা ওয় থংবা খুৎনা শরীক অমমম পায়দুনা খীংলগা কাংশিংদুগী মমাং মমাংদা অমমম লেপ্তুনা, কাং মথক্তা অমমম ওইনা ঙাম্থোইরিবা জগৎনাথশিংদা জগোয় শাবগুম আর্তিশিংদু মৈচাক ফনা হাইর হাইরদুনা কৎশীল্লম্মী। মীয়াম পূম্নমক্না লেপখত্তুনা খুবাক খুবা য়াও, ঈশৈ

খুন্বা য়াও, মখুৎ থাঙ্গৎতুনা জগোয় শাবা য়াও, পূং য়ৈবা, ঈশৈ শকপশিংদুগা লোয়ননা মকা লাম্না জগৎনাথগী মতিক মগুনশিং শোন্নরম্মী, হরাও তয়াম্ন রম্মী। মদু তাবদা, য়েংবদা, পূক্লিংদা হরাওনীংবগী, নুংঙাইনীংবগী ঈথীলশিং ফাওহল্লম্মী। আর্তি কৎপা লোইরকপদা বামোনশিংদুনা মোইবুং মচা মচাশিংদুদগী হৈথরকপা ঈশিংনা মখুৎশিংদা লৌরগা মীয়ামদা খীল্লকপদা মীয়াম্না পাকথনরগা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা পাপ কোকচগে হায়দুনা খূরুম্নরী। ঐসু পাকথদুনা খূরম্বা য়াওজখি।

খূরুম্বদগী হৌগৎলকপদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা মাগী কাংগী মথক্তা কাখৎখ্রগা জগৎবন্ধুগী ঙকশমদা থোল্লিবা ফৌ পরেং অমনে, লং অঙৌবা মচুনা কল্লগা শাবা ফজরবা লৈ পরেং অমনে লৌথোক্লক্লগা " ইবুংঙো ইবোচৌবী, কৈদৌঙৈ লাকই ? লাইগী নির্মলনি শীজিল্লুসে " হায়দুনা কাং মথক্তগী লংথবীরকখি। ঐনা " ঐজ্ঞা ! হৌজিক্তা য়ৌজরকপনি" হায়না খুম্লম্মী। অমুকসু, হৈরুক হাপ্পা শংবাইদগী হৈনৌ অমুনবা অমগা, থবী অমগসু লৌথোক্লগা পীবিরকখি। 'চাও! লাইগী বালভুক্লি' হায়রম্মী। ঐসু হরাওনা লৌরম্মী। মতম অদুদা, ঐনা ঐজ্ঞা তোম্বোইবু উরগা মাংলমচৎকী হায়নখিবা ৱাফমশিংদু হায়ফেৎ নীংশিংহনখি। মথংদা, বামোন ইবোহনবী শর্ম্মনা মাগী কাংদা ঙান্থোইরিবা জগৎবন্ধুদগী জুবা কুশুম অথোনবগী ফজরবা লৈ পরেং অমসু লৌথোরক্লগা "লিশবা! নঙ কৈদৌঙৈ লাকই?" হায়না হংবিরগা "সেঃ লাইগী নির্মলনি" হায়দুনা ঐঙোন্দা পীবিরকখি। অমুকসু অজ্ঞ্যা বীরচন্দ্র শর্ম্মনা মাগী কাংদগীসু লৈ পরেং মান্না শেম্বা, হৱায় মঙ্গল পরেং অমসু ঐঙোন্দা কৌরক্লগা " ইবুংঙো ! লিশম ইবুংঙো! সেঃ সেঃ মঙ্গল পরেং অসিসু শীজিল্লু, নহাকপু ইম্ফালদগী হৌজিক্তা য়ৌরক্লিবরো?" হায়না কৌশিনবিরগা কাং মথক্তগী লংথবীরকখি। বামোন ঐজ্ঞাশিংদুনা

ঐবু কয়াদা নুংশিনা, চান্না তৌবিরম্বা, মখোয়গী নুংশিবিবা, চানবিবগী মপান্না ঐনা জগৎকী মপু শ্রীজগৎনাথদা থোল্লিবা লৈ পরেংশিংবু ইবুংঙোগী থৌজান্দগী ফংজবা ঙমখিবা পূন্সিগী কাওবা ঙমজরোই। ঐজ্ঞাশিংনা ফংহনবিখিবা লৈ পরেং মরি শুরম্মী। অমুকসু অহল অমনা বর্তি অমুৎপা খরা পায়রগা ঐঙোনলোমদা চঙশিল্লক্লগা " সেঃ সেঃ লিশম ইবুংঙো, সিসু লাইগী নির্মলনি, নরায়বক্তা নম্বীগে, পাকথরকউ" হায়দুনা লাইবক্তা বর্তিগী উৎ অমুবা খর নমশিনবীরম্মী। মসিগুম্বা, হেন্না নুংশিবীবগী মওংদা কৌবিরকপা, লোইনবীরকখিবসিদা তিল্লিবা মীয়াম্না ঐঙোন্দা লোয়না য়েংঙকপগুম উরম্মী। ঐবুসু খুঙ্গংগী অয়াম্বা মীশিংনা লোয়না মশক খঙবীরম্মী, নুংশিনা, লুনা চান্নসু তৌবিরম্মী। মতম অদুদা ঐনা খঞ্জখি - মতম খর, খুঙ্গং থাদোক্কুনা লৈরুবসিদা, লৈকাই খুঙ্গংগী মী ঙাক্তনিনা ঐবুসু নুংশিবীদুনা ঐবু হেক উরকপদা " ইবুংঙো, লিশম ইবুংঙো ! কৈদৌঙৈ লাকই, কৈদৌঙৈ লাকই ? " হায়দুনা পকৌদা কৌবিরম্মী। কয়াদা নুংশিজখ্রবা ঐগী খুঙ্গংগী ইপা-ইতোন, ইচিন-ইনাওশিংনো? ঐনা ঐগী খুঙ্গংগী মীশিংবু কৈদৌনুংদা কাওথোকপা শুকঙম ঙমজরোই।

নুমিৎ অদুদা, ঐনা খ্বাইদগী ঙক্লা অহানবা ওইনা উখিবা, মীয়ামগী হরাওখিবা, নুংঙাইজখিবা ব্রাফম অমদি কাং চিংবা লোইরকপদা কাং মথক্তগী মাগী মাগী বামোনশিংনা মীয়াম্না কৎলকপা অনৌ-অপেৎশিং, হৈ-রাশিং, মখল মথেলগী হৈরুকশিং, বালভুকশিং শংবাই থুম্মোকশিংদা হাপচিল্লিবশিংদু অমদি জগৎবন্ধুশিংদা থোল্লিবা ফজ-ফজরবা লৈ পরেংশিংদু লৌথোক্লগা কাং মখাদা অকোয়বদা তিল্লিবা মীয়াম মরক্তুদা " জয় জগৎবন্ধু, জয় জগৎবন্ধু" হায়দুনা লাওর লাওরগা লোয়না চায়না চায়না লংথনরকপদুদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা ওক্লগদবগী "ঐজ্ঞা সোমদা! ঐজ্ঞা সোমদা !" হায়দুনা

লাওনবদু ঙাইহাক্তি য়েংবদা, তাবদা ফনা ঙক্লা নুংঙাইবা পোকখি। মদুদা মরুওইনা য়াওরিবা পোৎশকশিংদি - থবী অচৌবা, কফোই অমুনবা, হৈনৌ অমুনবা, কিহোম, নাসপাতি, হৈখা অমুনবা, চুগজাক অনৌবা, চুম্ব্রে অসিনচিংবনা হৈ-রাশিংনি; অদুগা লৈগীশিংদা চনবা কাংবুনা থম্বাল অঙৌবা, অঙাংবা, মখল মথেল কয়াগী ফজ-ফজরবা লৈ পরেংশিং, মোরোক অতেকপনা লেংবা পরেংশিং, হৱায় মঙ্গল মরুগী পরেংশিং, ফৌ মরু অচংবনা লেংবা ফজরবা ফৌগী পরেংশিং অসিনচিংবশিংনি। হায়রিবা পোৎলমশিং অসি লোয়না তিল্লিবা মীয়ামদুদা য়েন্থোকপগী ভাবতা বামোনশিংনা কাং মথক্তগী লংথরকপদা ওক্লরম্মী। মসিদা ঐদি, খর লাপ্না হন্দোক্তুনা কাং অহুমদুদা লেঙশিল্লিবা জগৎবন্ধুশিংদুদা ইমীৎ কুপ্তুনা য়েংজবগা লোয়ননা মীয়ামগী অরাংবদুগসু য়াওন্নদুনা ঙাইহাক লৈজরম্মী। ঐজ্ঞা তোম্বোইসু কাং মথক্তগী ঐবু ফজনা উবিখি। লাইগী হৈরুকশিং, নির্মলশিং লংথবা লোইরবা মতুংদা ঐঙোন্দা য়েংলক্লগা হায়ফেৎ নোক্তুনা লৈবদুদা ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারীশিংদু খঙনীং অমুক নীংশিংলকখি। মানা ঐঙোন্দা য়েংলক্লগা লাইরোমদা অমুক ওনশিন্দুনা মখুৎ অনি লোন্নদুনা মদুদা ঐসু, খুৎ লোন্নদুনা ঈশ্বরদুবু লাপ্না য়েংজরগা লাপ্না খুরুমজখি। মদু উরগা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা হরাওনা নোকখিবদু উহৌখি। মদুদা ঐসু য়াম্না নুংঙাইজবা ফাওজখি। মদু অজ্ঞ্যা তোম্বোইদদি অর্থ অমা ওইনা লৌরম্বজাৎনি। মদুগী অর্থদি, ঐনা মতম কুইনা লৈরগা, কোন্না খঙবা ঙমজরকখি। মদুগী মতুং তারকপদি, কাং অহুমদু মাগী মাগী মীশিংগা লোয়ন-লায়নদুনা পূং ঈশৈ য়াওনা মাগী মাগী মন্দির তম্না লেঙশিন্নখি। ▤

# ইমাগা ইচে চাওবীগগী ৱারী

ঐখোয়গী ইমুং অসি নিপা ধারা অমত্তা য়াওরমদে। ইপাগা পোকমিন্নবা ইখুড়াতোনসু নিপা অমত্তা পোল্লমদে। ইখুড়াতোন ৺ কেশোনা নুপী ঙাক্তা মচানুপী মঙা পোল্লক্লগা নোঙ্গাখীরম্মী। ঐবু পোকপীরম্বা ইপানা অহানবদা ইচে ঙাক্তা নুপী মঙা পোকখিরম্মী। মসিদা ইপা-পোকপা ইবেনপোক ৺অঙাংপেম্মা কৌবীসিনা ইমুংসিগী ধারা মুৎহৌবা তারে হায়দুনা থাজনবগী মতুংইন্না লাই-তিন কয়া খূরম্বা, মীঙোন্দা পীজ-পীথক তৌবা, অজা পূজা কয়া তৌবা, দান কয়া তৌবা, অসিনচিংবসি তত্তনা লেপ্তুনা তৌরম্মী হায়না ইমানা ৱারী লীরম্মী। অদুগীসু মথক্তা ইমুংগী থবক ইনখাংশিং - লৌ উবা, ইংখোল কোইবনচিংবগী শুবী-নোম্বীনবা হায়দুনা শাগৈগী মচা মনাও থোকপশিং অমদি অতোপ্পা শাগৈদা পোকপা মরী মতাশিংগী নুপামচাশিং য়োক্তুনা মখোয়বুসু শেম্বী-শাবিবনচিংবা কয়া তৌবিরম্মী। ইখুড়াতোন্না ঙন্না নোঙ্গাখীবদগী ঐবু পোকপা ইপা ইবুংঙোখক্তা ঙাইহৌবনা চাওরবা ইমুংসিগী ভার পূম্নমক ইপাগী মথক্তা তাহৌবা অসিদা ইবেনপোক্না য়াম্না নীংবা কায়রকপদগী অখঙ-অহৈ, মাইবা পাঞ্জি কয়া তান্নরবা মতুংদা ঈশ্বরদা ধারা পীবিনবা, ধারা মুত্তনবা হায়দুনা জগৎ বন্ধু নির্পন তৌ; গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু নির্পন তৌ তাকপীরম্বদগী ইবেনপোক্না থৱায় য়াওনা হোৎনজদুনা জগৎবন্ধু নির্পন তৌখি হায়বিরম্মী। জগৎবন্ধু নির্পন তৌদ্রিঙৈদা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা

হান্না তৌখি হায়বগী ৱাসু পল্লম্মী। গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু নির্পন তৌবদা খুৎনাইবা কনানা শেমহন-শাহনখিবনো হায়বদু মশক মমিং কাওরে হায়নসু তাকপিরম্মী। অদুগা জগৎবন্ধুগী মুর্ত্তিবুদি উ-শুবা খুৎনাইবা, মতম অদুদা মমিং লৈরবা " শোরোক খায়বা" হায়না খঙনবা নিপা অদুনা শেন্বী-শাবিখিবনি হায়না ইমানা অমদি ইচে চাওবীনা ৱারী মান্ননা অঙাংওইরিঙৈগী খর ভাব তারকপা মতমদা লীবিখি। ৱারী অদুদা থোইনা হেন্না ঐখোয়না পূক্লিং চংশিল্লুবদি লৈখিদে।

ৱারীদুগী মতুং তারকপদা খঙলকখিবা ৱাফম অমনা ঐবু পোকপীবা ইপা ইবুংঙোনা মশাগী চহি ৫০ (য়াঙ্খে) হেল্লকপা অদুৱাইদা কোন্নথংদা ইমুং অসিগী ধারা ওইননবা নিপা ওইনা ঐবু ফংখি হায়বীখি। পূম্নমক্কা ঐ পোক্লকপদা ইমুং অসিগী ধারা মুৎলরোই হায়দুনা হরাওজবা ফাওখিবা, ইচে ময়াম্না " ঐখোয়গী শাইদাংফম লৈরে, চঙজফম ৱাৎলরোই" হায়দুনা নুংঙাইজখিবনচিংবা পূম্নমক্কী ৱারী লীবিখি। ঐগী ইমিংসু নিংঙোল পূম্নমক শুপ্না নাওকোনগদৌরিবনি হায়দুনা ইপাগী মরুপ বামোন ৺ থম্বৌ কৌবা বামোন অহল অমনা " অশুপ্পা" হায়না ইমিংসু থোনবিরম্মী হায়দুনা ইচে চাওবীনা লীবিরম্মী। লৈকাইগী মীনদি ধারা মুত্তনবা ফৌদি ওইনা লাইনা থাবিরক্লবনি হায়না লৌবিদুনা " ফৌদি" কৌসি হায়নসু ঐনা অঙাংওইরিঙৈদা ফৌদি, ফৌদি হায়না কৌদুনা লক্কে হায়না ইমানসু লীবিখি। ঐনা চহি অহুম খর হেল্লক্লবা মতমদা ঐগী ইনাও নিপা অমসু পোক্লক্লম্মী। ধারা মুৎলগদ্রা হায়না চিংনরম্বা ইমুংসিদা নিপা অনি থংন-থংননা ইপানা চহি ৫০ হেল্লকপদা পোক্লকপা উরকপসিদা ইবেনপোক অমদি শাগৈ নাতৈ পূম্নমক্কী পূক্লিংদা হরাওজবা, নুংঙাইজবনা পীক থনবা ফাওনরকখি হায়না ইমানা ৱারী লীবিখি। তৌইগুম্বসুং, ইপানদি চহি অহল ওইরকপনিনা ঐখোয়গী মপান চাবা ফংলোইদ্রা খন্দুনা "তুম্লমদাইদা পাল্লৌবা হায়বদু

*ঐঙোন্দা থোক্লুরে" হায়দুনা মীঙোন্দা পাওদমখি হায়বীরম্মী।* অহানবা ঐ হেক পোকলকপদা ইপা পোকপা ইবেনপোক্লা কয়া য়াম্না হরাওজখিবগে হায়বদু ইচেনা তম্বা তাবদা ইমীত্তগী পি তাখিরম্মী। নুমিৎ থা মশক উবা য়াদ্রিঙৈ, ষষ্ঠি পূজা শোন্দ্রিঙৈদা ঐবু ইমুংদগী মপান্দা পুথোক্লবা ফাওবা হোৎনখি হায়। ইবেনপোক্লা নীংজখিবা, লাইশিংবু নিপর্ণ তৌজখিবা, মীচাপোক কয়াবু শেন্বীখিবা, মীওই কয়াদা কৎখিবা, লৈত-লাইরশিংদা মতেং পাংবিখিবা পূম্নমকসিনা ঈশ্বরনা চানবিদুনা ধারা ফংজরবনি হায়না মথৱায় পেন্না হরাওজখিবনি হায়না ইচে উহৌবনসু তন্বীখি। অদুগা ঐগী ইনাও নিপা ব্রজকিশ্বর পোক্লকপদদি ইবেনপোক্তু নোঙ্গাখিবনা হানখ্রে হায়নসু তমখি। পূম্নমকসি ঈশ্বর মানা শীনবিবা লীলা ঙাক্তনি, কনানা অশুম্না ওইগনি হায়বা অরেপ্পা খঙবা, হায়বা ঙম্নদে। ঈশ্বরগী থৌজালদি মীওইবা ঐখোয়না নিজবতনি হায়দুনা ইচেনা থম্মোয় শেংনা ৱারী লীবিখি।

ৱাফম অসি মতম কুইনা কাউথোক্লুরবা মতুংদা ইমুং অসিগী ধারা নালা কায়দনবা ঈশ্বরদা চঙজদুনা ঈশ্বরগী মূর্তিবু শেম-শারগা নির্পন তৌদুনা সেবা ফংজখি হায়বসি ঐনা মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ফজনা ভাব তানা খঙবা ঙমজরকখি। বাবা অমদি ইমানসু চহি খুদিংগী, লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিংগীদমক্তা ঈশ্বর খূরুমজদুনা তেক্ত কায়দনবা পৃতি পক্ষগীদমক লাংবন থাদা তর্পণ কত্তুনা লৈকাইগী অহল-লমনশিং , ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিং বার্তণ কত্তুনা প্রসাদি সেবা ফংনবা তত্তনা হোৎনজরকখি। বাবা ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইচেনসু নখোয় অনি লৈরবনিনা বাবা ইমানা চৎলম্বা নিতি অদু কায়দনা চত্তুনা চহি খুদিংগী তত্তনা ইপা ইপুশিংগী তর্পণ কৎপা কাউরোইদবনি হায়না নীংশিংবিখি। হৌজিক ফাওবদি ইচেনা অমদি ইমানা তাকপিরম্বা লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিংগী ৱারীদু কাউবা নাইদনা নীংশিংজদুনা

চহি খুদিংগী লাংবন থা চঙলকপদা ইপা-ইপুশিংগীদমক ঈশ্বরদা নিজদুনা তর্পন কৎনবা হোৎনজরি। তর্পণ কৎপা খুদিংদা অহল লমনশিংগী ৱারীদু নীংশিংজদুনা, পূক্লিং নুংশিনা ইমিত্তগী পি তাবা খঙহৌদে। অসুম খঞ্জিল্লুবদা, নুংশিজরবা ইমা-ইপা, ইপু-ইবেনশিংবু হঙ্গৎনা য়েংবা মীৎয়েংদা থমজরগা, মখোয়না ঐখোয়গীদমক্তা খনবীরম্বা অমদি লম্বী শাংনা য়াৎপীরম্বা উরুবদা থম্মোয়দা অপেনবা পোকচবগা লোয়ননা মখোল থোক্লা কপ্লীংলকখি। কয়াদা নুংশিজখ্রবা ইপা ইপুশিং, ইমা ইবেনপোকশিংনো ! ইমাগা ইচেগগী ৱারী তারবা অমদি ইশামক্লা ইবেনপোক্কী শকফম খর উজ-খঙজহৌবশিংদু নীংশিংজরগা লৈখিদ্রবা অহল লমনশিংবু মতম পুম্বদা কাউদনা থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা থমজবা ঙমজখি। ▤

# জগৎ বন্ধুগী ফিজোল হোংবা

বি, এ, পাস তৌরে; বি,এড,সু পাস তৌরে, সরকারগী চাকরীগী থবক্তা হায়স্কুল অমদা ওজা অচৌবা অমসু ওইবা ফংজরে, তলবসু ফনা চাওনা ফংজরে। অহল-লমন্না শেন্বীরম্বগী মতুংইন্না থবক্কী মহয়সু চাবা ফংজরে। অদুবু, মায়াগী ঈপাক্তা তাওখিবনা ইশাগী ওইজবতা খন্দুনা মতম খরদি সংসারগী ঈরোন্নুংদা লূপ্তুনা লৈরুরে। তৌইগুম্বসুং অরানবা লম্বেলদদি কৈদৌনুংদা চৎখিদে, ঐগী নহা ওইনা যুম্বানবা ঙম্নবা চুম্নতা হোৎনজবগী ৱাদনি। আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা মপূং ফানা মায়ওনশিন্দুনা চৎপা ঙমজদবগী ইতোমতা-ৱারৌজবগী ৱাফম্নি। খৃষ্ট ১৯৯৬ কী চহিদা জগৎবন্ধুগী কাং চিংগদবা থাখায় অমরোমদা ৱাৎলিঙৈদা নোংমা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঐবু ঐখোয়গী য়ুম মনাক্তা লৈবা হোটেল অমগী মমাংদা লেপ্তুনা লৈরগা ঐনা লম্বীদা চৎপদু উরগা কৌশিল্লক্কুনা ৱারী অমত্তা শাসি হায়বিরম্মী। ঐজ্ঞা তোম্বোই হেক উবদা ঐনা মমাংঙৈগী হৌখিবা ৱাফমশিং খঙনীং-নীংশিংলক্কুনা মথং-মথং ভাবনা লোয়না উবা ফংলকখি। ঐনা মনাক চংশিন্দুনা "ঐজ্ঞা ! কদায়দা লেঙউবগে?" হায়না ব্যবহার তৌদুনা হংজরম্মী। " ইবুংঙো নহাকপু অমুক্তা উনগে হায়না খল্লকপা কুইরবনি, তাঞ্জা ইচা চাদনা অসুম লৈরকপনি; নথৌ ইথৌদি য়াম্না চিন্নবনা অমুক্তা হাইদোক্কুনা ভাব তানা ফম্মীন্নরগা ইচিন ইনাও কূপ্না ৱারী শানবা অমখক পামজবনি।" ৱাহৈশিংসি হায়রগা ঐজ্ঞানা, " বাজারদসু মী অমতা উনরুবনি

" ফোঙদোক্লমই। " লাও, অমুক্তা ফমথখো ফালসিদা, ঐসু নখোয়দা চঙসিরা খল্লম্বনি, অরুবা ৱাফম নত্তেদা" হায়দুনা ঐবু ফালশাংদুদা ফমহল্লম্মী, অদুগা ৱারী অমা হৌদোক্কে হায়দুনা মখা তারকখি। ঐসু " ঐজ্ঞা ! করিনো তাকপিয়ু " হায়দুনা তুমিন্না মনাক্তা ফমদুনা লৈখি।

ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মাসি সরকারগী স্কুলগী হিন্দি ওজা অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি থবক্তগী পোত্থাখ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা ৱারৌবোই, ৱাকৎপোই, করিবোই তৌদুনা য়াম্না পূক্লিং নুংশিনা নোল্লুক্না ৱাফম খর অমুক্তা ফোঙদোকখিদ্রিবা মওংদা ফোঙদোক্লকখি। ৱাফমদি " ইবুংঙো ওজা ! নঙবু অঙাংপিশক পীক্লিঙৈদগী ইয়াম্বনা য়াম্না লূনা নুংশিনা থমজরকপনি, ইনাওনিপা লৈখিদ্রবগসু নহাক্না লোয়নরকপনি, নঙনা 'লাইমচা পীয়ু, লাইমচা পীয়ু' হায়দুনা মন্দিরদা পূজা তৌদুনা লাৎলিবা গোপাল দেবতাবু য়াম্না পামজদুনা য়েংজখিবদো ঐদি কাউদ্রিয়ে, ঐনা হয়েং শোয়দনা পীগে, নখোয়গীসু লাইনি হায়না নঙনা ৱারৌখিদনবা হায়দুনা অঙাংওইরিবা নহাক্কী লাইগী অপাম্বা, নুংশিবদো মাঙহন্নীংদদুনা ইয়াম্বনা নাথৈদুনা হায়খিবনি; নহাক হৌজিক কাউরব্রা ? অদুগা, ঐবু হেক উবা কান্দা ইবুংঙোনা করিগুম্বা খর হায়নীংবগী মওংদা হেক হেক তৌখিবশিংদো ঐ লোইনা ভাব তাখি। ঐনা 'নখোয়গীসু লাইনি' হায়খিবদু নহাক ভাব তাবা ফংদ্রিমাল্লে, হৌজিকপু ভাব তারব্রা ? য়েংঙোই, ঐ হায়গে, অদুঙৈ, ঐখোয়গী পাবুংখোয়না নহা ওইরিঙৈদা ইবুংঙোখোয়গী ইপলবু পোকপা ইবেনপোক্না জগৎ বন্ধু নির্পন তৌদুনা ধারা নালা কায়দনা ইশু শুথাং ফংজগে হায়দুনা থৌনিজদুনা লাৎহনখিবা ঈশ্বরদু হৌজিক ঐনা মথং মথং শুথাংদা সেবা তৌজরি। মদুসু নখোয়গী লাই নত্রা ? অদুগা, অতোপ্পা অমনা, গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু অমসু নির্পন তৌদুনা ইবেনপোক্না অতোপ্পা বামোন অমগী মন্দিরদা সেবা ফংহনখি

*হায়না অঙাং ওইরিঙৈদা তাবা ফংখি। মদুসু নখোয়গী লাই নত্রা ? নখোয়গীসু ওইরোইদ্রা ?* ৰাফমশিং অসি নখোয়না চাওরবা, জ্ঞান তারক্লগা নখোয়গী ইমুংদগী ৰারী মরায়না তাজরক্কনি,খঙজরক্কনি হায়না ইয়াম্বনা নাথৈদুনা থমখিবনি। হৌজিকপু ঐনা হায়রিবা ৰাফমশিং অসি নহাক লোইনা খঙবা ঙম্লব্রা হায়না হংনীংদুনা, খঙহন্নীংদুনা তৌবনিদা ইনাওদা !” ৰাহৈশিং অসি হায়রকপদা শ্বায় লাওবা অমা ঐগী হকচাঙসিদা ফাওরকখি অমসুং ঙাইহাক তুমিন্না লৈখি। অদুদগী অমুক, ‘‘নখোয় অনি পোক্লকপসিদি ইবেনপোক্তুনা ঈশ্বরদা খুরুমজরগা, থৌনিদুনা পোক্লকপনি হায়না মীয়াম্না মতম অদুদা ঙাঙনখি, ঐখোয়সু ভাব তানা তাহৌইদো, ইবুংঙো হেক পোক্লকপদা ইবেনপোক্লা হরাওজখিবদু ঐখোয়সু ফজনা উহৌই। ষষ্ঠি পূজা চাওনা শোনখি, কবোক চাবা য়াওখি, মেরা থাদনি, থাবলসু য়াম্না ফৈয়ে, য়ুমদা হল্লকপদা পুমঙাল ঙাল্লি।”

মতম অদুদা, ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ঙাঙলিবা ৰাদু হোটেলদুদা লৈরম্বা লৈকাইগী মীয়ায় হেন্না চল্লবা অহল অনি অহুমসু চা থক্তুনা ৰারী শানবদু তারম্মী। মখোয়নসু ৰাফম অদু তারবদা “ চুমই, চুমই, বামোন ইবুংঙোনা হায়রিবদু, ঐখোয়সু চাহৌগী কাবোক মনম নুংশিবদো চাবা য়াওখি, ইবেনপোক হনুবীদুনা লৈবাক হৱায় খোইবাক খোংনাং মনাদা হাপ্লদো অমমমসু য়েলহনখি , মতম অদুগী লৈবাক হৱায় খোইবাক্তো ওম্হোক্লা রস লৈনা হাওখ্রেদা ! ইবেনপোক্তুদি য়াইফুনি হায়নৈ, মতম অদুদা অৱাৎ অপা লৈতবা ইমুং অমা মায়কৈ অশোমদগী হায়নরকপদা লিশম য়ুমজাওগী ইমুং হায়না মমিং শান্না চৎনরম্মী, হৌজিকসু, ‘ য়ুমজাও ইমুং, য়ুমজাও ইমুং’ হায়না খঙনরিবসিনি, মখোয়গী থোঙ্গালদা হৌবা চিগোংলৈ পাম্বী অচৌবা অমগী মনাক্তা দুকান মচা অমা শাদুনা ইবেনপোক্লা লুকমায় থারগা পোৎ

য়োল্লম্মী, হনুবীদো নুংশিয়ে, মবুক ফখ্রে, মীঙোন্দা পীজ পীথকপসু করি অমত্তা পাম্মুরমদে, ঐখোয় ফজনা খঙহৌই," হায়দুনা ঐজ্ঞা তোম্বোইগী ৱাদু মতেং পাংলকখি। মরমদি, অহলশিং অদুসু লৈকাইসিগী মীওইঙাক্তা ওইবনিনা; ঐখোয়গী ইমুংসিগী ওইরক্লিবা ফীভম পূম্নমক লোয়না খঙবা, উবা, তাবা ঙম্বদগীনি। অদুদগী অমুকসু ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা, " নখোয় নচিন ননাও অনিবু পিদৎ পাদৎপসু অমত্তা নত্তে, লৈখিদ্রবা ইবুংঙোখোয়বু পোকপা অহলদুসু মমিং লৈবা, লৈবাক্কী সেবা তৌরম্বা অহলনি, লাইরিকসু হৈ,খুৎইসু য়াম্না ফজে; ঈশৈসু শকই, খোঞ্জেলসু নুংশি; নহা ওইরিঙৈদা লমজেলসু য়াম্না য়াঙই, মুক্না কাংজৈসু য়াম্না হৈ; ধর্ম্ম কায়বা য়াদবা অহলনি; মীনা লাকচবসু ঙমদে, মরীনসু য়াম্না লৈবা, মীনা পূরা থাজবা অহল অমা ওইনা লৈরম্মী; পাৎ-কোম চাবগী পাট্টাদারসু ওইরম্মী; মীওই মীতৌসু ৱাং চাওই; ঈশৈ শকপদা ময়ায় লেপ্পা য়াম্না লেম্মী।" মখা তারকপদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা, " নখোয় অনিদি অহল-লমন্না কৈরাক থারকপা ইনাও ঙাক্তনি, নখোয়গী অহলশিংনা নির্পন তৌরম্বা লাইশিংদুগী মরমদা অমত্তা থিজিন খোৎচিনবা তৌদ্রবরা ? হৌজিক ইয়াম্বসু খর ৱারে, পেন্সিলসু লৌরে, লাই সেবাদি তৌদবা য়াদে, চহি খুদিংগী কাংসু চিংই, কুমশিসু চিংগনি, জগৎ- বন্ধুগী লুহুপসু মল্লে, অনৌবা অমা শিনবসু য়াম্না দরকার ওইরে, মহৌশাদি য়ুমথোং খুদিংনা কাংগী পালি পুনরম্মী, জয়দেবসু নহা অহল খাক্তনা থোক্তুনা, ফজনা, য়াম্না লেম্না চোংনরম্মী; অদুবু হৌজিক্কী মতমসিদদি থোইনা পূক্লিং চঙশিনবা ইৱাৎ ৱাৎপগুম তৌনরে; তঙায় ফদনা কাংগী পালি পুনরম্বদু, হৌজিক্তি অপাম্বা, কৎনীংবা খরতনা পাঙথোকপা হায়বদু ওইরে; অদুনা, কুমশিসিদি, নহাকসু নোংমদি সেবা তৌবা য়াওহনবা ইয়াম্বনা পাম্মীনে।"

ৱাফম অসি অরোয়বা ওইনা ফোঙদোরকপদা, ঐহাক তুমিন্না লৈবা ঙম্লকখিদে। ঐনা হায়জখি ঃ " ঐজ্ঞা ! লোয়না ভাব তাজরে, মখা তাবিরগনু, ঐহাক হয়েং ঐজ্ঞাগীদা অয়ুক অঙনবদা লাকচগে, কুমসিদি ননাওনা ঙমজবা খর কৎচগে, মতম খর লৈরিঙৈসিদা করি করিনো হায়বদো খঙজগে, ৱারৌবিগনু," অহলশিংদুনসু, " কৎলু কৎলু, ইবুংঙো, ঈশ্বরদা কৎপদি লেম্না খক মাঙদবনি," হায়দুনা মখোয় খুদিংমক্লসু তাকপীরকখি। অহলশিংদুদি - অসেম মোহোন, য়ুম্নাম মাধব, শমান্দ্রাম ইবোমচা মখোয় অহুম্নি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা পেঙ্গরদুনা, "ও ঃ খঙদি খঙবোইরে, ইম্মান্না ইপলনা লৈরিঙৈদা ঐবুসু য়াম্না লুনা তৌবিরম্মী, ইবেনপোক্লসু ঐবু ' বামোন মচা, বামোন মচা' হায়দুনা অচাপোৎ অমদি হেক্তা উবদা কৌশিন্দুনা পীজরম্মী, পূন্নমক্তো, নখোয়গীদমক্তা থনম্বা, পীজরম্বা তারে; মসিগীদমক্তা থোক্লনবা ঈশ্বরবু লাৎচরম্বা, কৎচরম্বা তাইনে ইবুংঙো ! ঐখোয়না বামোন ওইরুবগী লাৎলুবনি, পূজা তৌরুবনি, শীল-লাংলুবনি; ইবুংঙোগী থৌজালনা নখোয়না ফংজগদৌরিবনি, ঐখোয়দি নখোয়গী খুনেক্লুম্বনি, মহয় চাওনা ফংগদৌরিবদি কৎলিবা নখোয়তনি, কাউবিগনু।" মদু হায়বিরম্লগা, " ফরে য়াম্না নুংঙাইরে, ইবুংঙো উনবা" হায়দুনা অহলশিংদুবুসু বিদায় পীরম্লগা চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলগা ঐজ্ঞাদো একাগাড়ী তোংখত্তুনা ময়ুমলোমদা হনখিরম্মী।

ৱাফম অসি, ঐনা য়ুমদা পরপ পরপ লাক্লগা ইমুংগী মীশিংদা লোয়না তম্লম্মী। মখোয়সু মুন্না থৱায় য়াওনা তারম্মী। মখোয়নসু লাইদা কৎপা খোৎপগী ৱাফমদি অখঙ-অহৈ তান্নরগা, মওং তানা কৎপা পাম্বগী মত ফোঙদোক্লরকখি। থুনমক ঐসু নুমিত্তুমক্তদা ঐগী ইচে অমা লাই-তিনগী থবক্তা থৱায় য়াওজবী, মুতুম ওংবী ইবেমপীশক্কী য়ুম তান্না ৱাতানবা চৎলম্মী।

ইচেনসু নুমিত্তুমক্তদা য়াম্না হরাওনা মাংলমচৎকী তাহৌবা, উহৌবা ৱাফমশিং লোইনা খঙবমখৈ লীবিরকখি। ঐনা ইমা অমদি ইচে চাওবীদগী তারকখিবশিংদুগা মাগীদুগা অমত্তা খেন্নরমখিদে। অদুগা ইচে ইবেমপিশক্তি বামোন্দুগী খুন্দুদা লৈবনিনা চহি খুদিংগী ঙমজবা অনৌ-অপেৎ খর খর লেপ্তুনা কৎলম্মী। হন্দকসু কৎকনি হায়বিরকখি। “অদুদি ইচে, ইচিন-ইপৱা পূন্না কৎমিন্নরসি, লাইগী ফি-রোলশিং, ঢোড়া-চুড়া, খুজি-তালশিংদু লৈরুনবা ইচেগা ঐখোয়গী নুপীগা নুমিৎ অমা লেপ্নরগা খ্বাইরম্বন্দ বাজার অচৌবদগী লৈরুনবা চৎমিন্নরো অদুগা কাং চিংবা নুমিৎসিদা ইবুংঙোগী ফিজোলদু হোংলসি, লোয়ননা উসব অমসু কৎলসি, হয়েং বামোন তোম্বোইদু অয়ুক অঙনবদা চৎলগা উনরুরগে, লাইগী লুহুপকী নাপসু লৌরক্লগে অদুগা ঐজ্ঞানা করি করি হায়রকপগে হায়বদুসু তারক্লগে, ইচেদা অমুক তন্নরগে,” হায়না হায়রম্লগা ঐহাক্না য়ুমদা হল্লকখি।

নহাল মখৈ পূক্লিংদা চিংনরম্বা, অঙাং ওইরিবৈঙদা লাইমচা গোপাল দেববু পামজরুবনচিংবা পূম্নমক্কী ৱাফমশিংদু হঙ্গৎনা নৈনরুবদা ইতোমতগী ৱাখলদা মথং মথং ফাওরকপশিংদুনা ঐঙোন্দা নোংম-নিনিদু পূক্লিংদা পুল্লাং লাংবগী ভাব অমা লাকখি। অমরোমদা অমুক ঐনা খল্লকখি ঃ “ ঈশ্বরনা ঐবু খঙহল্লগে মতাগুম অঙাং ওইরিবৈঙদগী হৌনা ঐবু য়াম্না মিহৌহন্দুনা লাইমচাদুবু পামহনবা পোকহল্লকপা, মদুগী ৱাখলনা ঐজ্ঞা তোম্বোই অমদি মনাওনিপা ইবোতোম্বীদা ৱাথংদুনা লাইমচাদুবু ফংননবা হন্না-হন্না হায়জখিবা, অমদি তত্তনা হংখিবা পূম্নমক্তুনা অঙাং ওইরিবৈঙগী ৱাখলদা লৈতাহন্দবা অমা ফাওহনখিবদুদি, ৱাফমশিং অসি পুরক্লবগী মচাক্তু পঙলবা ঐঙোন্দা ইনশিন্দুনা শেম্বীরকপরা হায়না মওল মওল খলহন্দুনা নুংঙাইরবা ঈপাক অমদা তাওহন্দুনা ঈরোইজরকখি, অদুগা, য়াম্না নুংঙাইবা লোংদাও অমদসু

পন্থুংফম খঙদনা ইতোমতা তাওথজরকখি।

কাং চিংগদবা হাপ্তা খর হেনবরোমদা ঙাইরক্লবা কান্দা ঐগী নুপীগা ইচে ইবেমপিশক্কা মখোয় অনিবু খ্বাইরম্বন্দ বাজার অচৌবদা চৎহল্লম্মী, লাইগী ঢোড়া-চুড়া শেম্বা শাবশিংদা নাপ পীদুনা শাবিনবা শীংলমখি; অদুগা লাইগী মুগা ফৈজোম, ইনফি, খুজি-তান, নাইননচিংবদুদি লোয়না লৈদুনা পুরকখিরম্মী। কাং চিংগদবা নুমিং হুম্নি ব্রাৎলিঙৈদা অমুক চৎহন্দুনা শিংলম্বা ঢোড়া-চুড়াদু লৌহল্লুখি। কাং নুমিৎনি, ইঙেন থাগী নিনি পানবনি, নুমিৎসু নিংথৌকাবা নুমিৎনি, ঐসু ঙস্তানা ঈরু-মায়থজরগা, ফৈজোম শেত্তুনা ইনফি অঙৌবা অমা ইন্দুনা লাইগী মন্দির তান্না চৎপা য়াওখি। রিক্সো অমদা উসবকী চেং হব্রায়, য়েনশাং-নাপী, থাও-থুম পূম্নমক হাপকত্তুনা পুখি। ইচেগা নুপীগসু খোঙনা ইন্নহন্দুনা বামোন তোম্বোইখোয়গী মন্দির তান্না য়ৌনবা চৎখি। জগমোহন্দা উসবকীদমক শীল্লাংহনখি। বামোন তোম্বোইগী মচানিপা অনি অমদি অতোপ্পা বামোন অমসু নেক্তুনা উসবকীদমক থোং-থাকপগী থবকশিং পুহল্লম্মী। নাকন অমরোমদনা মণি মন্দিরগী হাংদোক্তুনা থল্লিবা থোঙজাওগী মনুংদা জগৎবন্ধুদু লাইয়ামগী ময়ায়দা ঙাম্থোইদুনা ঐবু ঙায়দুনা লৈবগী মতাগুম লৈরম্বদু হেক উজরুবদা পূক্লিংদা থুক লাওবা অমা পোকচখি। ইবেনপোক্লা নির্পন তৌদুনা লাৎলম্বনি হায়বদু হেক নীংশিংলকখি। ঐখোয় পোক্ত্রিঙৈদা নির্পন তৌবিরম্বা ঈশ্বরবু, ইমীৎ থীৎনা, ভাব তানা, য়েংজবা ফংজখি; খঙহৌদনা মাংলমচৎকী ব্রারীশিং মথং মথং নীংশিংলক্কুনা প্রেমগী ঈথক হৌরক্কুনা ইমীত্তগী পিরাং শীন্থরক্কুনা ইবুংঙো মাবু থাম্মোয়দা চেৎনা কোনশিঞ্জরগা, দণ্ডবৎ তৌদুনা ওঃ খোংনা, মখোল থোক্কুনা পেন্না কপচরগা খূরুমজখি। পুক্লিংদা - " ননাই ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐদি করিসু খঙজদবনি, ঐখোয়গীদমক্তা ঈশ্বর ইবুংঙো নহাক্লা ঙাকশেনবিদুনা মতম কুইনদগী

লৈবিরকপসিদা, ননাই ঐখোয়না ভাব তাদদুনা দর্শন কুইনা ফংজরক্রবসু ঙসিদি ভাব তানা দর্শন ফংজরে, আপরাধ পূম্নমক ঙাকপীয়ুকো, হে ঃ জগৎবন্ধু ! জগৎ পুম্নমক্কী মরুপ ওইবিবা! নহাকপু লাৎচরগা, নহাকপু তত্তনা খূরুমজরগা, নহাক্কী সেবাবু ফংজরগা, তাইবং মীওইবগী অৱা-অনা পূম্নমক কোকচৈ হায়নরিবা হেঃজন্নার্দন ! ননাইদি খর থেংথখ্রবা মাল্লে ! ঙসিদি ভাব তানা, ননাইনা শীল-লাংজদুনা ঙমজবা খরদং, ইবুংঙোগী চরন্দা কৎচরিবসি, লৎনবা তৌবিদনা লৌবিয়ুকো ! ননাইবু ৱারৌবিগনুকো, হে ঃ প্রভু ! ঐগী গোপাল দেব লাইমচাসু নহাক্লি, ইবেনপোক্লা নির্পন তৌজরম্বা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুসু নহাক্লি, তোঙান-তোঙানবা শক্তমদা শায়োন ওইবিবনি, তোঙান-তোঙান যুগতা অবতার তৌবিবনি, ননাইনা অঙাং ওইজবনা, মপূং ফানা জ্ঞান লৈতবনা, খঙজদুনা তৌজবনি, ননাইবু ঙাকপীয়ুকো, হে ঃ জগনাথ ! পূম্নমক্কী মপু ওইবিরিবা ! ঙসিদি, ননাই পূমপেন পেঞ্জরে, ইবুংঙোনা ইমীৎসি পাংহনবিরে, ইবুংঙো নঙগী লীলা ঙাক্তা ওইরম্লে, ননাইবু ইবুংঙোগী মিংলেন কাউহনবিদনা, ইবুংঙোবু তত্তনা শোঞ্জবা, ঙমহনবিয়ুকো হে ঃ বীশ্বমভর ! ” ৱাহৈশিং অসি পূক্লিংগী ৱাখলদগী মথং মথং থোরক্তুনা ইচীন্দা শোঞ্জরগা, লেপ্পু য়াদ্রবা পিরাংনা থুমহত্তুনা ইবুংঙো মাবু থাম্মোয়নুংদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জখি।

ঙাইহাক লৈরগা, মন্দির মনুংদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা ইবুংঙোগী হান্নগী ফিমনশিং হোংদোকপিদুনা,অনৌবা কচ্চরিবা ফি-রোনশিংদু মথং মথং হোংদোক্লবা শেম-শারম্মী। ঐনা মন্দিরগী মমাংদা খুরু-খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নরগা ফি-রোন হোংদোক্লিবদু ইমীৎ পেন্না পিগী ঈরাগা লোয়ননা য়েংজবা ফংজখি। মতম অদুদা কনা অমত্তা য়াওখিদে, চঙহনখিদে, ঐজ্ঞা তোম্বোইগা ঐ ইতোমতগা লৈখিবনি, ৱাসু কয়া ঙাঙনখিদে। ফি-রোন শেৎপা, খুজি-তান শীবা লোয়রবদা ইবুংঙোগী ঢোড়া-চুড়াদু অমুক থোনগৎলকপদা,

থম্মোয়দা থুক লাওবা পোক্কুনা লৈরিঙৈদা ঐজ্ঞা তোম্বোইনা “ ইবুংঙো ! ফজরবরা য়েংউ ! “ হায়দুনা মন্দির মনুংদগী থোরকই। মদুদা পাউখুম পীদনা অমুক হন্না দণ্ডবৎ তৌদুনা লৈবাক্তা ওন থোইনা কপচখি, “ ননাই ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐদি করিসু খঙজদবনি” হায়দুনা হন্না হন্না শোঞ্জখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা থোরক্লগা খর লাপ্লপ্পা লৈরগা মদু মঙাইরে হায়দুনা হরাওজখি। ঐসু ঐজ্ঞাদা অমুক ওনশিল্লগা দণ্ডবৎ তৌদুনা কপ্পুনা খূরুমজখি, “ ঐজ্ঞানা ঐবু মীৎ পাঙহনবীরে, ঐবু লান্না লৌবিগনুকো ঐজ্ঞা !” হায়জখি। ঐজ্ঞা তোম্বোইনা অমুক, ঐগী কোক্তা নাম্থবিদুনা হায়রকখিঃ “করিগী লান্না লৌগদগে, ইনাওসিদি, অদুঙৈ ইবেনপোক্পা পামজরম্বা, নীংজরম্বা, ঐনা নঙোন্দা, অঙাং ওইরিঙৈদা, হযেং শোয়দনা পীগনি, নখোয়গীসু লাইনিনে হায়খিবদো ঙসি পীরবনি ইয়াম্বনা, নখোয়গী ওইজরোকো।” মদু হায়রগা মমীত্তা মপি তানা কপ্পুনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না নাম্থবিরম্মী। করিনো খঙদে, নুমিত্তুদি পূমপেন পেন্দুনা পঙকপ্তা কপচখি। “হৌগৎলো, হৌগৎলো, নঙগীসু ননীং থুংলগনি, ঐসু নীংবা থুংলে, য়াম্না নুংঙাইরে, পূম্নমক ঈশ্বরনা শীনবা ঙাক্তনিনে, ঐখোয়না মহাকপু কৈদৌঙৈদসু কাউফদেকো, মহাকপু থাজৌকো ইবুংঙো !” মদু হায়রগা ঐবু হৌগৎপিরম্মী, অদুদগী ঐনা ঈশ্বরদা ঙমজবা শেল খর কৎচখি, অদুগা ঐজ্ঞাদসু ওনশিন্দুনা খর কচ্চখি।

নুমিৎ অদু কাং চিংবগী অহৌবা নুমিৎনিনা লৈকাইগী অহল খরসু বার্ত্তোন কচ্চবদগী অমদি নহারোল কাং চিংনবগী শেম শাবদা য়াওবিবশিংসু য়াওনা লাইগী উসব কৎচবগী প্রাসাদি ফংমিন্নখি। তিল্লরিবা অহল লমনশিংদুনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী মগুনশিং শিংথাবিদুনা ঐঙোন্দা বর কয়া পীবিখি অমসুং ঈশ্বরগী সেবা ঙম্বা ওইয়ুকো তাকপিখি। নুংথিল পুঙ ৪ তারকপদা আর্তি অমুক কত্তুনা রথ যাত্রাগীদমক জগৎ বন্ধুসু লেঙথোকখি।

খুন্দুদা লৈরিবা অয়াম্বা খুঞ্জাগী মীওইশিং মরুওইনা নুপী অঙাংশিংনা মাগী মাগী থোঙ্গাল মপাশিংদা ধুপ-থাওমৈ, পানা-তাঙ্গ্রা, হৈরুক মথেল, বর্তি, লৈ পরেং ফজবা, হৈ-রা, থবী, চুগজাক অনৌবা অসিনচিংবশিং শেঙ্গাদা হাপ্তুনা জগৎ বন্ধুদা কৎননবা শেম-শাদুনা মফম মফম খুদিংদা পূল্লপ পূল্লপ তাশিন্দুনা, ঙাইনদুনা লৈনরম্মী। পূং ঝাল, শেনবুং মোইবুং, কাংশিগী মখোলগা লোয়ননা " জয়ঃজয়ঃজগৎনাথ! ঃ জয়ঃ জয়ঃ জগৎবন্ধু!" হায়না শোন্নবা লাওনরকপগী মখোলনা অতিয়া মকোয়সি পূমনীল নীল্লম্মী। কুম অমগী মনুংদা য়াইফবা মঙ্গোল পীবিরনবগীদমক্তা তাংনা লেঙথোরকপা পূংজানি হায়বগী ৱাখলদা মীয়াম্না খৌরাংনা ঙায়জদুনা হৱাও তয়াম্না ঈশ্বর-মাবু দর্শন ফংজখি। কয়াদা থৌজাল হৈরবা, জগৎপু ঙাকপী শেনবীরিবা মপুনো ! চহিগী ঙমজবা, লৈজবা খরদং তত্তনা কৎচবা ঙম্লনবা, ঈশ্বর মাগী থৌজাল মতম পূম্বদা নিজরি।

# চহিগী তর্পণ কৎপা

জগৎ বন্ধুগী সেবা মতেক অমা ফংজরবা, ঐজ্ঞা তোম্বোই শম্মগী নুং-দা ফুমদুনা থল্লম্বা ব্রাফম পূন্নমক ফোঙদোকপিদুনা ঐবু মীৎ পাঙহনবিরবা মতুংদা, ঐগী থম্মোয়নুংদা লোৎচদুনা থমজখিবা লাইমচা শ্রীগোপাল দেববু মতম চুপ্পদা কাউদনবা অমদি মহাক্কী শক্তমবু চহি অমগী মনুংদা অমুক্তং ওইরবসু ইমীৎ থীৎনা উজদুনা সেবা ফংজবা ঙম্মনবা ব্রাখল অমদি শাগৎলকখি। অসুম্না ব্রাখল অমদা তাওদুনা ইবুংঙো মাবু নীংশিংলগা অসুম লৈরকপদা নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী মঙলান অমদা নুংঙাইরবা মঙ অমা মঙজখি। মঙ অদুদা শ্রীগোপাল দেবনা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শক্তম লৌদুনা ফজরবা কোয়েৎ অঙৌবা মচা অমা য়েত্তুনা ঙৌরোক ঙৌবা, কুচু পাল্লবা, ফজরবা পাখঙমচা, ইমান্নবা অমা শাদুনা ঐখোয়গী তর্পণ কৎপগী উসব অমদা, ঐগী মরুপনি, গোপাল কৌই, উসব য়াওবা লাকপনি, ঐবু উনবা পাম্মী, মহাক কদায়দা লৈবগে অমুক্তা উনহল্লু হায়না মপান্দগী ইমাদা পাওথাং লাকখি। ইমানা ঐবু কৌরগা, ইবুংঙো নমান্নবা অমা লাকইয়ে, থোরকউ হায়দুনা ইমুংদগী কৌথোরকখি। মতম অদুদা, ঐদি ইমুংদা ফৈজোম অমা শেৎনবা কন্না হোৎনরি। ইমানা কৌরকপা অদুদা ঐনা "ইমা ! থোরক্লগে, ফৈজোম শেৎলি" হায়দুনা পাওখুম পীখি। মসিদা ঐনা খনখি, কনা ওইরিগদবা, ঐদি ইমান্নবা অমত্তসু হায়খিদে, বাৰ্ত্তোনসু তৌখিদে।

ফেজোম শেৎপা লোয়রগা মোজা ফুরিৎ অমা লিৎশিল্লগা হেক থোরকপদা শঙ্গোয় মচি অমদা ঐবু কৌথোক্লিবনি হায়বা ইমান্নবা গোপাল হায়বদু কোয়েৎ মচা অমা য়েৎলগা ঐঙোন্দদি মুশুক মুনা, রাশি লৈনা, ইমীত্তা ময়া অঙৌবদু উহন্দুনা নোকফেৎ তৌনা ঐঙোন্দা য়েংলম্লগা চাক থোংলিবা বামোনশিংগী চাকখুম তম্না পুখম মচা অমা পায়রগা পরপ পরপ চঙশিনখিবা উহৌখি, ঐনা কনানো মসিবো, হায়দুনা পরপ পরপ থুনা চঙশিন্দুনা য়েংশিল্লুবদা কনাসু ওইরমখিদ্রে, ঐজ্ঞা তোম্বোই শর্ম্মনা ঐনা পামজবা গোপাল দেবতা লাইমচাদু পুরক্তুনা মফম অমদা লেঙশিন্নবা শেম শাবা ওইরম্লে। ঐনা " ঐজ্ঞা ! ঐজ্ঞা !" হায়দুনা ঐজ্ঞা তোম্বোইদু উরগা কন্না কৌবদুদা মখোল কন্না লাওখ্রমাল্লে, ইমানা " ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! করি তৌরে, মঙলাক্লরবরা ? " হায়দুনা হৌদোকপিরম্মী; " জ্ঞান তারবরা? " হায়দুনা হন্না হন্না কৌদুনা হৌদোরকপদা মঙফাওনরম্মী। " ইস ঃ ইমা ! মঙ অমা মঙউরে ।" " করি মঙনোনে ? অকিবা তুচুংবা মঙলনে ? অদু ওইরবদি মকু মঙ হায়বদু ওইরিনিদা, করিসু খল্লুনু, ফত্তবা ৱাখলদা শুকপু পুবিদ্রগা লোইরে, ইচাসিদি" হায়দুনা ইমানা ঙাঙবিখি। মদুদা ঐনা ইমাদা ওনশিল্লগা হায়খি; " নত্তে ইমা, ঐখোয়গী তর্পণ কত্তবা য়াদে, ঐখোয়গী তর্পণ কৎলি তৌরম্মী, মদুদা, শ্রীগোপাল দেবতা ঈশ্বরসু লেঙলকই, পুখম মচা অমা পায়দুনা মকোক্তা কোয়েৎ মচা অমা য়েত্তুনা শঙ্গোয় মচিদা লেপ্তুনা ঐগী ইমান্নবা শাদুনা তর্পণ উসব য়াওবা লাকইবনি হায়দুনা ঐবু ইমাদা ইমুংদগী কৌথোকহল্লম্মী, ঐনা থোরকপদা মাদি ঐজ্ঞা তোম্বোইনা কাচিন্দা কোইশিন্দুনা থল্লিবা গোপাল দেবতারোমদা চংশিনখি অদুগা মখোয় অমত্তা ওইনা পুনশিন্নখ্রে, ইমা ! মসিদা ঐনা ঐজ্ঞা তোম্বোইবু হন্না হন্না লাওনা কৌরম্বনি, ইমা! কুমসিসু শোয়দনা ইপা ইপুগী তর্পণ কৎপগী উসবতা গোপাল দেবতা লাইমচাদু লেঙশিন্দুনা কৎসিকো।" " তর্পণ কৎপগী উসব হৌনগদবসি লাংবন থাগী পুর্নিমাদু ঙসি হুম্নি খক্তা ঙাইরেদা ইচাসিদি, শোয়দনা গোপাল

দেব লেঙশিন্দুনা কৎকদবনি, নঙনা নীংজরিবা পূন্নমক থুংহনগান, তুম্মো তুম্মো অমুক," হায়দুনা ইমানা হায়বীরম্মী। মঙগী ৱারীনি, মঙদুদা অমুক মঙফাওনদুনা ইমাগা ঐগা ৱারী শানবদুসু মঙদুগী মনুংদা তৌরম্বা থৌদোক ঙাক্তা ওইরমখি। থাঙ্গে শেংনমক হায়রবদা তর্পণ থা য়ৌশিল্লক্লবা মতমদা ঐগী মঙদা হেক হেক অহল-লমনশিং উহন্দুনা মখোয়বু নীংশিংহল্লী, তর্পণ শোয়দনা কৎননবা পাওমেল্লম্মী, গোপাল দেবতা লাইমচাবু তত্তনা উহন্দুনা কাউবা ঙমহল্লমখিদে।

ঈশ্বর মাগী থৌজালনি, ইপা-ইপুশিংনা লমজিংবিরম্বা, শেম্বী-শাবিরম্বা লম্বেলনি, মাংলমচত্তগী চৎনবী, হৌনবী ওইনা চত্থনরকপগী কাউঙমদনা হুল্লকপা ঈহুলনি। মঙদুদা ইমা ইচা উনহন্দুনা মঙ অমগী ৱারীসু মঙদুমক্তদা তম্নদুনা চহিগী ওইনা ইপা ইপুশিংগীদমক্তা তর্পণ কৎপা লেপ্তুনবা, লাইমচা গোপাল দেবতাবু শোয়দনা লেঙশিন্নবা, ইমানা পাওতাকসু পীবিখিবা, পূন্সিসিদা কাওবা ঙমজদ্রি। মতম অমদা, অপোকপা ইপা ইবুংঙোনা তাকপিখিবা ৱাফমশিং - " হোৎনরবদা ঙমদবা লৈতবনি, কন্না হোৎনববু লেপত্রবা, পূক্নিংনা নীংলিবদু পাঙথোক্কে খল্লবা, শোয়দনা ঈশ্বরনা কৃপা পীবিবনি ; ইপা-ইপুশিংগীদমক তর্পণ কৎপা কাউফদে, চহিগী অমুক্তংদি নীংশিংদুনা কৎনবা হোৎনগদবনি, ঈশ্বরনা অদুম পীবিরকপনি; মচা-মশু, ধারা-নালা কায়দনা থনম্নবা, লৈহৌনবা ঈশ্বর খুরুমদুনা কন্না হোৎনরল্লিবসি, মসিগুম্বা কম্মশিং অসি পাঙথোক্লরক্ল বনি কাউফদে।; ইশা ইশাদা তৌহন্নীংদবা থবকশিং কৈদৌনুংদা মীঙোন্দা তৌরোইদবনি; ঐনা ফরগা মীপূম খুদিংমকসু ফবনি, নঙদা ফৌ, মীসু ফবনি, মী ফত্তবা লৈতবনি; মীয়ামগী শেল চাবা, শাগৈগী শেল চাবা, লাইগী শেল চাবা খক খল্লুনো, তৌরুনু, তুংদা বেরা শোয়দনা লাক্কনি; মীগী ফনবা খল্লগা, তৌরগা নঙগীসু অফবা ঙাক্তা লাক্কনি, কাউফদে।" অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা

পাওতাক ওই, পাওরৌ ওই খর ইপা ইবুংঙোনা তাকপীরম্বা, থম্বীরম্বশিংদু পঙলবা মচা ওইবা ঐনা মথং মথং নীংশিংলকপা হৌরকখিরম্মী।

ইপা ইবুংঙোনা অহল ওইশিল্লক্লবদা, ঐখোয়নদি নহা ওইনা তুমখৎচরকপা মতমদুদা অরানবা লম্বেলদা চৎখিদনবা, অফবা লম্বেলদা লাক্ল বা হায়দুনা মখল মথেলগী পাওতাক, ৱারী কয়ামসু লীবিরম্মী। নহা ওইরিঙৈ মতম অদুদদি, ৱারীশিং, পাওতাকশিংদুগী নুং-গী ওইবা অর্থশিংদু থোইনা মুন্না খঙখিরমদে। অদুবু, হৌজিক্তি, মখোয়না ঙাঙলম্বা ৱাশিং, লীবিরম্বা ৱারীশিং, পীবিরম্বা পাওতাকশিং, পূম্নমক লাইনা হায়রকপগুম, পীরকপগুম থোক্লরে। মসিনা ওইবা তায়,"অহলশিংগী অমাংবনা চফু মেল্লি", হায়নরিবদো। মখোয়না হায়রম্বা, ঙাঙলম্বা ৱাশিংসি মখোয় মশা মশানা হকথেংনরগা খঙলকপা, উরকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মরম অদুনা, থবকশিং অদুগী লাক্কদবা ফলশিং অদু হান্না খঙদোক্লগা, ভাব তানা, তুংগীদমক য়েংবিদুনা হায়রম্বা ওইবা তাই, কয়াদা শাংনা উখ্রবা অহলশিংনো ! মখোয়না মপাঙ্গল শোল্লক্লবা, অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদা, লৈহৌরিবা মচা মশুশিংনা য়াম্না চ্যেকশিন্না, নুংশিনা,চান্না, লূনা তৌবিবা অমদি চ্যেকশিন্না শেন্নবিবসি তঙাই ফদবা থবক অমা ওইনা লৌবিগদবনি অমসুং মখোয়বু লাই ওইনা খনবিগদবনি। অদুগা, ঐখোয় পূম্নমক্না ঐখোয় ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা ইপা ইপুশিং, ইমা ইবেনশিংবু কৈদৌঙৈদা কাউফদে, মখোয়গীদমক্তা ঈশ্বর লেঙশিন্দুনা উসব কৎপা, তর্পণ শোনবা নত্রগা কৎপদা করিগুম্বা অমাঙবা অমত্তা লৈরোয়, হেন্ন হেন্নদুম অতোঙবা, অফবা লাকফম থোকই খঞ্জখি।

মরম অসিদগী, ঐনা চহি খুদিংগী, ঈশ্বরবু কাউদনা, ইপা-ইপুশিং, ইমা-ইবেনশিংগীদমক্তা, লাংবন থা হেক চংলকপদা তর্পণ কৎননবা ইনাও

নিপাগা তান্নদুনা শেম শাজৈ অমসুং গোপাল দেবতা লেঙশিন্দুনা উসব মচা অমমমদংগা লোয়ননা পৃতি পক্ষগীদমক রাম তর্পণগী মন্ত্র শোন্দুনা অনকপা ঈচেল লৈবা তুরেন্দা কুমথদুনা মায় অৱাং ওন্দুনা, চেং-থোইদিং, হৈজাংনচিংবা মখল মথেলগী হৈরুক অমদি জুবাকুশুমচিংবা লৈশিং য়াওবা, অচৌবা পুখমদা হাপ্লগা, অহানবদা সুর্য্য দেব খুরুমজবগী মন্ত্র শোন্দুনা খুরুমজরগা, মথংদা রাম তর্পণগী মন্ত্র শোন্দুনা অচেনবা ঈশিংদুদা চেং-থোইদিং, হৈরুক-লৈ পূম্নমক ৱায়-খায়দুনা লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং নীংশিংজদুনা কচৈ। মদু কৎখ্রবা মতুংদদি, হকচাঙ অসি কয়াদা নুংঙাইজবা ফাওই, হায়ফম খঙদে, পূক্নিংগী পোৎলূম অমদি থাথজরে, য়াংলে লৌজৈ। লাংবন থা, ইপা-ইপুশিংগী তর্পণ কৎনবা থা, মীয়াম পূম্নমক্না অশেঙবা লাইগী থানি লৌনৈ। অসিগুম্বা, অকক্লবা মতম অসিদা, মীপূম খুদিংমক্কী লৈখিদ্রবা মপা মপুশিংগীদমক্তা ঙমজবা খরদি লাইদা কৎননবা হোৎনজবা ঙাক্তনি। মতমসিদা, য়ুম মাংই, লাইদা করিমত্তা কৎপা য়াদে হায়দুনা তর্পণ কৎপা থিংবসিদি ঐঙোন্দা ওন্থোকনা অরূম্বা পোৎশক অমা নন্থরকপগুম থোকচৈ, খাঙবা য়াম্না ৱানা থোকই। মরম অসিদগী, য়ুম্মাং-কৈমাংনদ্রিঙৈদা, তর্পণ-হৌবা নুমিত্তা অয়াম্বা কৎননবা হোৎনজৈ, ঈশ্বরনসু অয়াম্বা মতমদা চানবিদুনা পাঙথোকচবা ঙমহল্লি।

থৌদোকশিং অসি খন্থরুরগা শুথাং ধারা তারকপশিংনা, লৈখিদ্রবা, মখোয় মখোয়বু পোকপীরম্বা, য়োকপীরম্বা, শেম্বী-শাবীরম্বা, মপা মমাশিং, মপু মাবেনশিংবু নীংশিংবিদুনা চহি খুদিংগী কাউদনা ঈশিং খুজোক অমত্তং ওইরবসু, চেং-থোইদিং, হৈ-লৈ খরদংদা ওইরবসু, লাইদা উসব মচা অমত্তংগা লোয়ননা কৎনীংবগী ৱাখল চেন্নগদবনি অমসুং কৎকদবনি। মদুতদা, মপা-মমা নুংশিজবগী, কাউজদবগী, মপু-মবেন নুংশিজবগী,

খূরুমজবগী, তৌবিমল খঙবগী ঈশ্বরদা উৎচবা ঙমজৈ, অদুগা ঈশ্বরনসু মখোয়দুবু থোইনা হেন্না চানবিদুনা মখোয় মখোয়গী নীংজবা থুংহনবা ঙমহনবিগনি। ৱাফমশিং অসি অহলশিংগী মনাক্তা ফমজরুবদগীসু তারকপা, খঙলকপা ঙমজখি। অসুম তৌদুনা, ঐগী লাইমচাগী ৱারীদগী অসুম অসুম চাওথোরক্তুনা মীওইবা ঐখোয়না লাইগা লৈনগদবা মরী কয়া কয়া খঙজিনবা তাখি। ঈশ্বর মাবু থম্মোয় শেংনা থাজরুবদগী ইবুংঙো মাবু কাউদনবা লম্বী থিরকপা তারকখি। হয়িংখোইনা লৈরাংশিংদগী খোইহি চুপ্লবা ঙংদুনা পাইরক্লগা, লৈরাংগী খোইহি ফংদুনা চুপ্লবা কান্দদি, ঙংঙম্বগী মখোলদু লেপ্লগুম ঐগী আত্মানা ইবুংঙো মাগী খোইহিদু চুপ্লা ফংদ্রিবা ফাওবদি হয়িংখোইনা ঙংদুনা লৈরাংশিংগী খোইহি থিবগুম মখোল থোক্লা ঙাওদুনা ইবুংঙোগী খোইহি থিবা তারক্লি।

নীংঙায় ফত্তবা মচাগী কপ্লা লাওবা তারগা, নুংশিজরবী মমানা, তৌরম্বা মথৌশিং থাদোক্লগা, মচাগী অৱাবা কন্নবা মচাগী নাক্তা চেনশিল্লকপগুম, ইবুংঙো মানা চঙশিনবিরক্তুনা ননাই অঙাওববু কনবিবা ওইবিয়ুকো। ▯



**অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

১. লিশম শাগৈগী পারী পুরী

২. লিশম শাগৈগী খুঙ্গুল লীবা

৩. ঐগী শৈরেং